# প্রেম ভক্তিগী লীলা অহুম





১. কৃ
২. প্রভাস পর্ব
৩. রাধাগী অরোইবা খোংচৎ

অফোঙবা: নারেংবম প্রিয়োব্রত সিংহ

অফোঙবা :— নারেংবম প্রিয়োবর্ত্ত সিংহ
[illegible]জিং সোরোকখাইবম লৈকাই।
[illegible] ব্লুংজিং ৭৯[illegible]৪৮

কোপি মশিং ৮০০ ( চনিপাল )
অহানবা ফোঙবা :— ১৯৯৬

মখুমগী লাইয়েকপা :— গুরুময়ুম রতন শর্ম্ম
নাগমপাল সিংজুবুং লৈরক ইম্ফাল।

ব্লোক শাবা :— The Little Industries
Vijoy Govinda, Imphal.

মমল লুপা ৫০ ( য়াংথৈ ) ( ওরদিনারি )
লুপা ৭০ ( হুমকুওরা ) ইসপিসিয়েল



ফংফম :— ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং অমদি অফোঙবা মশাদগী

লাইরিক নমফম :— সন প্রেস, পাওনা বজার, ইম্ফাল।

# অইবগী

**য়াহৈ খরদং**

মচিন লিশিং পানবা আনন্তমক্কা থাবদা লোইবা নাইদে হায়নরিবা জগৎকী মপু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লিলানি। অসিগুম্বা মপান নাইদ্রবা ভগবানগী লিলাবু পঙলবা নাপীদগী হেন্না তোল্লবা ঐহাক্না হৈত-হৈত মা-মাচুনা থিজরুবদা ফংজরকপা মতাঙ মতেক খরদং রেডিও দ্রামা ওইনা ইজকবনি। পাঙজদ্রবা ঐগী ইকমদদি মসিমক অমম্বদা পোৎ থিবা, লম্বী অনানবদা চৈশু য়াওদনা চৎপগুম্বনি। এঃ আইঃ আরঃ ইম্ফালনা রেডিও দ্রামা ওইনা শন্দোকপিখ্রবা ঐগী লিলা কৃষ্ণানন্দ (১৯-৭-৮৭) 'প্রভাস যজ্ঞ' (৭-২-৯৩) অমসুং 'রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ (১০-৭-৯৪) হায়রিবা লিলা অহুম অসি পুল্লগা "প্রেম ভক্তিগী লিলা অহুম" হায়না মিঙথোনজহনা লাইরিক ওইনা ফোংদোক্লবা হেংনজবনি। ভক্তি মশক শেংনা খঙজদ্রিবা ঐনা "ভক্তি রহস্য ভজনম" নিংজবা হায়বসিমক ভক্তিনি হায়বসিদা থাজবা থমজরগা পামজরুবনা হেনমনখিবনা দোষ গুন থিরুদনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লিলাগী মতাং মতেক খরদং ইজরুবা অসিমক মপান নাইদ্রবা সমুদ্রবু পিক্লবা লফুগী পোঙ মচা অমা তোংলগা লানগে থৌরাংবগুম্বনি!

পঙলবা ঐগী থাজবদি চানবিহৈবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাবুতা নিংজবা মাবু মুংশিজবা নাপল য়াওদ্রবা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংগী মফমদা মধুর শান্ত দাস্য, সাখ্য অমসুং বাসল্য হায়রিবা প্রেমভাব মঙা অসি মানা মানা নিংজবগী মতুং ইন্না কৃপা হাপ্পী হায়বসিনি। অহুগা নাপলগা লোয়ননা মহাকপু নিঙলবদি মহাক্কী দয়া ফংদে হায়বসি মহাক্কী লিলা কয়াদা মহাক্না উৎপিরি। কৃষ্ণানন্দানা ময়াম্বা ওইনা খনজরুবনা

ময়াম্বা ওইনা ফংহনবিখি। কৃষ্ণানন্দগী মমাদা মচা ওইবগী (বাসল্য) প্রেমগী মহাও ফংহনবিখি। প্রভাস যজ্ঞদা নন্দ যশোদা অনিদা মপুংফাবা বাসল্য প্রেম রশগী মহাও ফংহনবিখি। রাধাগী অরোয়বা খোঙচত্তা শক ফজবীনি নাপলগা লোয়ননা রাধাবু য়েংজনিংলুবা রুকমিনি সৈত্যভমা অনিগী নাপল য়ৈথংপিরগা কলঙ্কিনী মীংথোল ফঙলবী রাধা কমানো হায়বা মশক তাকপীবগা লোয়ননা রাধাগী কৃপা নত্তনা কৃষ্ণগী দয়া ফংবা ঙমদে হায়বা ভক্তিগীলম্বী অমা উৎপীরি।

অসিগুম্বা রাংলবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চিলাগী মতাঙ অমা নিদং পঙলবনা শৈথাজবদা মশিং ল কঙমদ্রবা দোষ কয়া শোয়দনা য়াওরমগনি খল্লুবদা খোইদোক্না পুক্নিদা অকিবা পোকচৈ। পূন্নকপু কৃষ্ণ নামনি খনবিহুনা পাবিরিবশিং অমদি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা তাকপিয়ু হায়জনা কোটি প্রনাম কচ্চরি।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোঙবগী ভার পুন্নমক লৌবিরিবা ঐগী ইনাও শ্রীনারেংবম প্রিয়োবর্ত সিংহ রাংজংগী মফমদা ঐনা পুন্সিগী শিংবা ওয়রোইদবা লমন তোনশিনজরে। লোয়ননা লাইরিক অসি নহগী চাওরবা খৈদাং লৌবিরিবা সন থেসপু তৌবিমদা খত্তবা উৎচরি।

শ্রীসাইখোম চাওবা সিংহ
রাংজিং রাংথৈ।

# অফোংবগী ৱারোল

ঐগী তুংশিজরবা ওজা শ্রী সাইখোম চাওবা সিংহ ঐবু হাই-স্কুল তম্লিরৈদা হৈহ-ঊশিং তম্বীরকপা ওজানি। ওজাগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা লীলা অহুমক আকাসবানি ইম্ফালগী থোংদা শন্দোক্লুনা তাইনবিরম্বা লীলানি। হাইরিবা লীলাশিংদি (১) কৃষ্ণানন্দা (২) প্রভাস যজ্ঞ অমদি রাধাগী অরোইবা খোংচৎ তহুম অসিগী অপুনবা মমিং "প্রেম ভক্তিগী লীলা অহুম" থোনজবনি। লীলাশিং অসিগী মনুংদা ধরদি ওদিও কেসেট ওইনা পুথোকপিরে। অদুবু লাইরিক ওইনা ফোংদোক্লুনা প্রেম ভক্তিগী লীলা খোংদারিবা বৈষ্ণব বৈষ্ণবীশিং পুম্নমক্কী মফমদা লাইরিক অসিনা খজিক্কা ওইরবসু কান্নবা ফংহনজবা উবদি কেংদকৈগী মহৈ য়াল্লে। খনজরুবা রাখল-সিনা মাংওইনহন্দুনা ওজাগী মফমদা লাইরিক অসি ফোংদোক্নবগী অয়াবা পিবিয়ু হায়জবদা হরাও হরাও য়াবিরকপা মীদমক ওজাগী শিংথম-লোমদনা লমন তোনাশনজরে। লোয়ননা অহনবু পুক্নিং থৌগৎফম থোক্নই হায়না রাখলসিনা মাংওইনহনদুনা লাইরিক অসি ফোংদোক্নবগী তকনবা খোদাং লৌক্লিবনি। অসুম্বা লাইরিক অসি ননবা হৌরিনবদা শেন-থুমগী মতেংপাং পিবিরকখিবা পুকচেল চাওরবা মিনিষ্টর-শিং অমদি মতুংথাননা পাং পুম্নমক্কী থৌবিমল পুক্নিংদা কাওদরোই। অদুগা লোইননা ওজা অসিনা লাইরিক কয়া মতুংদসু লেপ্পা লৈতনা ফেওবা তৌমজনা ঈশ্বরনা থৌজাল পিবিবা ওইসনু।

লাইরিক অসি অথুবা মতমগী মনুংদা পুথোক্লুবা হেৎনবা ওইবনা বানানগী মতাংদা অশোইবা অঙাম থরা থেংনবিরমগনি খৈয়ে মসিগীদমক পাবিরিবশীংনা ঙাকপিগনি। লোয়ননা লাইরিক অসি

ওইনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিম্মিবা-সন প্রেসকী মুংশিজরবা ইসতাপ অমদি মেনেজরগী লমন তোনশিনজরে।

অরোয়বদা, কনাগুম্বা থিয়েটর অমদি ওর্গানাইজেসনশিংনা লীলাশিং অসি শাম্নবিগে অমদি ট্রানসলেসন তৌবিনিংলবসু অইবা/অফোংবগী অয়াবা হাপ্পা লৌবিয়ু।

নারেংবম প্রিয়োবতা সিংহ
খাংজিং সোরোখাইবম লৈকাই
পি ও খাংজিং ৭৯৫১৪৮।

# ছিরম লমাই

# কৃষ্ণানন্দা

### লীলাদা চংগদবা মীশকশিং

নুপাদা :—

১ ।  কৃষ্ণ

২ ।  কৃষ্ণানন্দা

৩ ।  যন্দ মর্কাক্কা মুনি ( কৃষ্ণানন্দগী গুরু )

৪ ।  কৃষ্ণানন্দগী মমান্নবা খরা

নুপীদা :—

বাসন্তী ( কৃষ্ণানন্দগী মমা )

— — — — — — — —

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

### লীলাদা চংগদবা মীশকশিং

নুপাগী শক্তম :—

১ ।  কৃষ্ণ

২ ।  নারদ

৩ ।  আয়ন

৪ ।  দ্বারী

নুপীগী শক্তম :—

১ ।  রাধা

২ ।  বৃন্দা

৩ ।  রুক্মিনি

# কৃষ্ণানন্দ

(অহানবা মতাঙ)

মতম :— অযুক অঙনবা নুমিংনা তরং-তরং থোরকপা,

মফম :— কৃষ্ণানন্দগী য়ুম।

ফিভম :— কৃষ্ণানন্দগী মমা বাসন্তী মশা য়ান্না ঙমদনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈ।

খোনজেল :— ওঁ নমো ব্রহ্মন্যদেবায় গো ব্রহ্মনহিতায়চ। জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নম।

কৃষ্ণানন্দ :— (মমাগী মশা নোম্নগা) ইমা ইমা! করি তৌরগে হৌজিক ফাওবা হৌগৎত্তববো? হৌগৎলো ইমা ঐ লাইরিক তম্বা চংপা থেংলে ঐবু থিনবিরো গুরুনা থেংই হায়দুনা চৈরম্নগনি হায়বা হৌগৎলো হায়মি ইমা।

বসন্তী :— (য়ান্না ঙমদনা) কৃষ্ণানন্দ! ইমা ঙসিদি হকচাং অসে ওম্থোক্না ঙমদ্রে। ঙসিদি নহাক লাইরিক তম্বা চৎপা লেপ্লো। ইমা থিনবিবা ঙম্মোইদোরে!

কৃষ্ণানন্দ :— ঙম্মোই ইমা। ঐনা ঙসি চৎহৌদ্রবদি ইমান্নবনা পরা হেনখিনিয়ে। হৌগৎলো ইমা! হৌগৎলো! হায়রিবৈসিদা নুমিৎ থোরক্লে। য়েংউ ইমা, নুমিৎ থোরকইসে উদ্রা?

বসন্তী :— (ঙমদনা) অদুবু ইবুংঙো; ঙসিদি ইমা হকচাংসে য়ান্না ঙমদ্রে হায়বনি। ঙসি অসিদদি লেপ্লো হায়বা।

কৃষ্ণানন্দ :— ঙম্মোইয়ে ইমা! ইমান্নবনা পরা হেনখিনি হায়বা। ঐ ফি রোন শেৎচিল্লুরগে, লাইরিক্কা লোথোকলুরগে॥

(ইমুংদা চংখি)

বাসন্তী :— (মথন্তা পুক্রিং নুংশিনা) ওম্ন্বোকপনিদকো ! ইমাগী ইবুংঙো নঙগী তন্নীংবগী ময়াইনা ইমাগী হকচাংসে অসি য়ৌনা ঙমদ্রে হায়বসে খঙদ্রবনিনে ৷ করমনো ইচাসে চংলম্নু হায়বদি য়ারোইদৌরি ॥ অত্থুবু শুক্রবা বন অসি ফাওত্নুনা ইচাবু করম্না মথন্তা থাগনি ! কোক অসি খজিক্তা ফাওবা হাইগৎপা ঙমদ্রে ৷ ইসঃ নিংন-নিংথম্মিবা ! ইচানা থোরম্লগা গুরুগী নাক্তা থিনবিরো হায়ত্নুনা নিংঙাই অমুক তৌরবনি ৷ করি উপাই তৌগনি ! মপা অমা ময়াম্বা অমা লৈত্নুনা মাবু থিনবিগনি হায়বস্নু লৈতে ৷ চংলুরম্নু হায়বস্নু য়ারোইদৌরি করি উপাই তৌগনি ৷ হে ভগবন ! হে দয়াময় ! নঙদি জগৎ সংসার অসিগী অচচৎ-চত্ত লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক্কী কার্ডনি হায়নৈ পুন্নমকপু খঙবনি ৷ পুন্নমকপু উবনি ! হে প্রভু ! ঙসিদি তোল্লবী ননাই বসন্তীগী পিক্কিবা ইচাসে শুক্রবা বন অত্থু ফাওত্নুনা ষন্দ মর্কা মুনিগী মফমদা লাইরিক তম্বা থাবা তারমান্নে ! হে জগদিশ্বর নঙদি চানবীহৈবনি ! তোল্ল-তার পুন্নমক্কী মপুনি ! তোল্লবী ননাইগী ইচাবু বনগী শা-কৈ খুদোংথিবা কয়াদগী কনবীয়ুকো হে প্রভু ॥ (হিক হিক কপ্পা)

(কৃষ্ণানন্দ তফিং তফিং থোরকই)

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা, হৌজিক ফাওবা হৌগৎপীদ্রিবো ? ঐবু থিনবিররোই হায়রিরো ?

বাসন্তী :— ( পুক্রিং নুংশিনা ) ইমাগী কৃষ্ণা ! ঙসিদি ইমা নঙবু থিনবিবা ঙম্মোইদৌরে ৷ নঙনা চংলুরনু ময়াদ্রবনিনা ঙসিসে নঙ নথন্তা চংলুরোকো ! হায়েংথৈদি ইমানা থিনবিনিদা ॥

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা শুক্রবা বন অত্থু ফাওত্নুনা ইতোমতা চংপা কিজেয়ে ॥

বাসন্তী :— ইবুংঙো কিরুম্নু ! বন অত্থুদা নহাক্কা হেক পোকমিন্নবা নয়াম্বা অমা লৈবনি ৷ মহাক মণ শেনবনা মথৌনি ৷ মহাক্কী

মমিগু দীনবন্ধু কৌবনি ! নহাক্না কিদ কিরক্লবা মতমদা মহাকপু হেক্তা কৌ। মহাক লাক্তনা নঙবু সোইদনা থিনবিগনি ।

কৃষ্ণানন্দ :—( হরাওনা ) অওইবয়নে ইমা ?

বাসন্তী :— অওইবনি ।

কৃষ্ণানন্দ :— অতুদি করিগী নহানমথৈ ইমানা ঐগোন্দা তাক্তিবা ?

বসন্তী :— নঙনা চাওরক্লবা মতমদা তাকে হায়দুনা তাক্তবনি ।

কৃষ্ণানন্দ :— বন অতুদা মথন্তা লৈরিবজ্রবু কিজরমলোইদ্রা ইমা ?

বসন্তী :— কিজদে। মহাক্তি মতম চুপ্পা মফমতুদা অতুম লৈরবনি। বনগী শা-কৈ উচেক-রায়া পুন্নমক মহাক্কদি লোয়না থইনৈ। নহাক্না কিদ-কিরক্লবা মতমদা হা দাদা দিনবন্ধু ! হা দাদা দীনবন্ধু ! হায়না হেক্তা কৌকো ইবুংঙো ।

কৃষ্ণানন্দ :— ( হরাওনা ) অতু ওইরদি ইমা ! ঐ করিনতা কিজররোই৷ ঐ চৎলগে, ঐনা হমকপদা ফরম্মোকো ।

বসন্তী :— চৎলো ইবুংঙো ! চৎলুবে ! ইমা ফরম্নগে । ইচাগী চাকস্থ থোংলম্নগে !

কৃষ্ণানন্দ :— চৎলে ইমা ( চৎখি )

বাসন্তী :—( কপ্পা কপ্পা ) চৎখ্রমান্নেসে, করিস্থ খঙজদ্রিবা ইচাবু লৌনম ভৌদুনা শুক্লবা বন অদুদা থাগ্রবা ! হে ভগবন, ননাইবু করি ওইরসিগে। পোকপদগী মপা মশক খঙজহৌদ্রবা পিক্রিবা ইচানি ॥ হে দয়াময় ! তোলবী ননাইগী ইচাবু বনলীয়ুকো প্রভু ।

# কৃষ্ণানন্দ

( অনিশুবা মতাঙ )

মতম :— অযুক অঙনবা।

মফম :— বনগী লম্বী।

ফিভম :— কিনা কিনা হন্না য়েং-য়েংদুনা চৎপা।
শ.-কৈ উচেক ব্রায়াগী খোনজেল তাই।

কৃষ্ণানন্দ :— (কিনা) ইস ঃ বন অসিদি কনাহ্নু উদেনা! ইমানদি ঐগী দীনবন্ধু কৌবা দাদা অমা মফমসিদা লৈ হায়। মহাক যনস্নু শেন্দুনা লৈরমগনি হায়বনি! মফম অসিদদি যনস্নু অমত্তা উদেনা! শা কৈ উচেক ব্রায়াগী খোলজেল নত্তনা করিমতস্নু তাদে। ঐ য়ান্না কিজরে! কদায়দনো দাদা দীনবন্ধুস্নু উদে মফম অসিদগী য়ান্না লাপ্পা যন শেনবা চৎখ্রবা জাৎলা? ঐ য়ান্না কিজরে। ঐবু অমুক্তং কৌদুনা য়েংসিরনে? হুং নোংমতস্নু মহাক্না উন্নখিদ্রি! ঐগী খোলজেলস্নু মহাক্না খঙলোই। অদুমকপু অমুক্তং কৌদু-নদি য়েংলগে। হাঃ দাদা দীনবন্ধু! হাঃ দাদা দীনবন্ধু! নহাকপু কদায়দা লৈবগে! ননাও য়ান্না কিজরে ননাওনা কৌবসে তারবদি অমুক্তা খুম্বীরকও! ইসঃ তাদদুনবু তৌরিব্রা? নত্রগা মশা ঙমদদুনা লৈরব্রা। মদু নত্রগা ইমাদা ঐনা গুরুগী নাক্তা থিনবিনবা তোইনা নিঙাই তৌবদুদা চৎখিনবা হায়দুনা লৈস্নু লৈতবা বন অসিদা ঐগী দাদা অমা লৈ হায়জিল্লক্রবা জাৎলা! অদু ওইরবদি ঐদি বন অসি লান্দুনা ঐথন্তা করম্না চৎকনি। হাঃ দাদা দীনবন্ধু!

হাঃ দাদা ননাও কিবনা খোঙ থাঙবা থোক্তরে। ননাও য়াম্না কিজরে! দাদা নঙবু কদায়দা লৈবগে? ইসঃ করিনো ঐগী হকচাং অসিনা অস্তক য়াম্না নিক্লিবসিবো। ইমা! ইমা! (রাষ্ট্রে) মিরবা বাঁশিগী খোনজেল তাই।

(কৃষ্ণ মনাইগী মাংদা দরশন পিবিররে)

কৃষ্ণ—(নুংশিনা) ইয়াম্বগী ইবুংঙো কৃষ্ণানন্দা। করিগীনো নহাক্না ইয়াম্বাবু কৌববো? হৌগৎলো! হৌগৎলোসে! ইয়াম্বা লাকয়ে! করি হাইনিংবগে হায়রো ইয়াম্বদা। (কৃষ্ণানন্দবু চিংখৎপী)

কৃষ্ণানন্দ—(মমিৎ মনা ইশক থক্না) দাদা নঙ ঐনা কৌবদো তাদ্রা? ইমানদি নঙ মকমসিদা লৈরমগনি ষন শেল্লমগনি হায়! অদুগা নঙদি লৈসু লৈরমদে! কয়া কিজরুরে!

কৃষ্ণ—কিরুরম্ব হৌজিক্তি ঐ লাক্রেদনা! ইমানা ঐবু মকমসিদা শোয়দনা লৈরমগনি হায়রিবা?

কৃষ্ণানন্দ—অং: দাদা! অদুগা নঙদি লৈরমস্থ লৈরমদে!

কৃষ্ণ—ঐসু নহাক্না কৌবা তাদুনা লাক্লিসিদি!

কৃষ্ণানন্দ ঃ— ভাইখো দাদা! নংনা লৈবা লমদু করি কৌই?

কৃষ্ণ—(মোমোন তৌনা) অদুবুরো ঐনা লৈরিবা লম অদুগী মমিংদি প্রেমনগর কৌইদনা।

কৃষ্ণানন্দ—প্রেমনগর! (মুম্না য়েংলগা) দাদা! নঙদি ফজ ফজবা ফিরোন ভাক্না শেৎলিনা! সনা-লিক কোনস্থ য়াম্না শি। ইনাক য়াম্না খুনবা মাল্লি। অদুগা ঐখোয়দি ইমানা নিতিগী ভিক্ষা চংলুরগা নত্রগা মীগী শিন শুরুরগা ফংলগা চাই ফংদ্রগা তোকই! দাদা! নঙসে য়াম্না ফত্তেবো! নোংমতস্থ য়ুমদা লাক্লগা ঐখোয়বু করি চারি থক্লি হঙবিদে।

কৃষ্ণ—(কৃষ্ণানন্দবু মুংশিনা মকোক্তা নানবিরগা) করিগী লাক্লনি ইয়াম্বা সোয়দনা লাক্লনি। য়েংউ! ইয়াম্বগী ষন ময়াম অসে

ইয়াম্বনা হেক চৎথোকপদা ইয়াম্বগী শক হেক উত্রিকাওবা শজিব মনা অমত্তা চাও হায়বা য়াদবা অতুননি ইয়াম্বনা লাক্তি্রবা নত্তে ! নঙনা হৌজিক ইয়াম্ববু কৌববু করি হায়নিংবগে ?

কৃষ্ণানন্দ—দাদা ! ঐ নিতিগী গুরু ষন্দ মার্ক। মুনিগী আশ্রমদা লাইরিব তম্বা চৎলি। নিতিগীদি ইমানা থিনবি। ঙসিদি ইমাদো মশ ঙমদ্রে হায়তুনা ঐবু থিনবিয়ু য়াদ্রে ! ঙসি লেপ্লো চৎলুরম্ব হায়রে। ঐনা ইমান্নবনা পরা হেনখিনি হায়না নিংঙাই তৌবদ বন অসিদা দাদা সোয়দনা লৈরমগনি কিরুনু হায়না ইমান হায়রকপদগী লাক্লিবনি। বন অসিদা দাদা উদবতুদা কিজতুন কৌরক্লিবতুনি।

কৃষ্ণ—( মোমোন তৌনা নুংশিনা ) ততুনিদনা মহৈ তম্বদি অতুন্ন থরাই য়াওরগতা হৈগদবদি ! হয়েংমথৈদি কিরুরম্নু ইয়াম্বনা নঙব নিতিগী থিনবিগনি ! নঙদি কয়া য়ান্নদি তমজরে ?

কৃষ্ণানন্দ—শিশু-শিক্ষা লোইরে ! মথা তনুবা লাইরিক্তি ইমানা শেল লৈত্রি হায়তুনা লৈবিত্রি।

কৃষ্ণ—নঙগী তম্নবা লাইরিক্তো ইয়াম্বনা পিরগনি। মতুগীদমক রারুরম্নু। ঐনা নিতিগী নঙবু মফমসিদা ঙাইগনি অতুগা থিনবিগনি। করিমতা কিরুরম্নুকো ! হয়েংদগী নঙ নথন্তা লাকও। ইমাবু রাহল্লুরম্নু। চৎলো চৎলো। ইয়াম্বগী মাঙ থারো থিনবি-রম্নগে ! কৃষ্ণানন্দ ! সে ! সে ! নঙগী লাইরিক হায়বদো পুজথো। মতুদা ব্যাকরণ বেদ শাস্ত্রনচিংবা কয়াগী নিতি নিয়ম শুনা য়াওরবনি। ইয়াম্বনা তম্নরম্বগীনি। মাংহনগন্ন য়াম্না ফবা লাইরিক্তি। লাকও। লাকও ! ইয়াম্বা থিনবিরম্নগে

# কৃষ্ণানন্দ

( অহুমশুবা মতাঙ )

মতম—অমুক অঙনবা।

মফম—মুনি যন্দ মার্কগী যুম।

ফিভম—মুনিনা বেদ মন্ত্র থিজুনা লৈ। সেবক ময়াম চংলকই।

যন্দা মার্ক—ওঁ নম ভগবতে বাসু দেবায় স্বাহ!

ওঁ নম ভগবতে বাসু দেবায় স্বাহ!

সেবক ময়াম—গুরুদেব প্রনাম!

যন্দ—সাধু! সাধু! মঙ্গল ওইরো ইচাশা! মঙ্গল ওইরো! ইচাশা!
নখোয়গী অনৌবা লাইরিক হায়বদো পুমরক্রব্রা?

সেবক ময়াম—পুজরক্রে গুরুদেব!

যন্দ—সাধু! সাধু! য়াম্না ফরে! কদাই কদাই নঙগী নঙগী লাইরিক্তো
পীনরক্লো ইপাদা! ইপা য়েংগে!

১বা সেবক—গুরুদেব! ঐগী সিদা লৈজরে!

২শুবা সেবক—গুরুদেবা! ঐগীনা সিদা লৈজরে!

৩শুবা সেবক—গুরুদেব! ঐগীসু সিদা লৈজরে!

যন্দ—সাধু! সাধু! কৃষ্ণানন্দ! কদাই নঙগীদি পুরক্লব্রা?

কৃষ্ণানন্দ—পুজরকই! গুরুদেব! সিদা লৈজরে [ লাইরিক পী ]।

যন্দ—[ লাইরিকতু পুক্লিং চংনা য়েংই ] সাধু! সাধু! কৃষ্ণানন্দা!
মসিদি য়াম্না ফবা লাইরিক্নিা! ব্যাকরণ বেদ শাস্ত্রনচিংবা কয়াগী
নিতি নিয়ম শুনা য়াওরে। মসিদি নঙনা কদায়দগী ফংলকপগে
হা! উম! হোয় হোয় নঙবু পোকপা ভৌম্যচার্য্যনা থম্বীরম্বা
সোয়দনা ওইরিনি। আ: নঙগী বাবা অদুদি বেদ শাস্ত্র অমদি
ব্যাকরণগী নিতি নিয়ম কয়াদদি ওম্ভোক্লা কুপ্পা হৈগ্রবা ব্রাহ্মননি।

অদুনবু বিদ্যানাগর অসিদদি ভৌম্যচার্য্য হায়না মমিঙ চং: মী-বনিদনা !

কৃষ্ণানন্দ :— গুরুদেব ! ননাই ঐগী লাইরিক অসিদি ঐগী বাবানা থম্বীরম্বা নত্তে ।

যন্দ :— কৃষ্ণ ! হায়য়ু অদুদি নহাক্না অহৃক ফবা লাইরিক অসিবু কদায়দগী ফংলকপনো ?

কৃষ্ণানন্দ :— ননাই ঐগী দীনবন্ধু কৌবা ইয়াম্বা অমা লৈজে ! মহাক্না পীবিরকপনি ।

যন্দ :— সাধু ! সাধু ! ব্যসে কৃষ্ণা ! ঙাইখো ! নঙগী ইমানা নঙবু অহানবা পুরক্তনা লাইরিক তম্বা য়াওহনবিয়ু হায়রবা নুমিৎ অদুদি নঙগী কনামতা লৈজদে নদোম পোকপনি নঙগী বাবাসু নঙনা তাইবঙ মীরোন খঙদ্রিভৈদা লৈখিদ্রে হায়বা নত্তনে ? হোয়-হোয় নঙগী শাগে নাতৈগী নয়াম্বশিং ওইরবা তারে । মহাক্তি কদায়দা লৈ ? মঙোন্দবু অসিগুম্বা লাইরিক লৈরমখিগদ্রা ?

কৃষ্ণানন্দ :— গুরুদেব ! মহাক্তি বন্দা যণ শেন্দুনা অদুম লৈ । মহাক্না যণ শেনবা অদুদা তম্বা নঙদ্রদুনা ঐঙোন্দা পিথোরক্লবা জাৎনি । অনিকা গুহৌবা পোৎ নত্তে ॥ গুরুদেব ! অসিম থক্তা মহাক্না তম্নরম্বগী লৈরম্বনি ।

যন্দ :— ফরে ! ফরে ! অদুদি ইচাশা ! অতোপ্পা অনৌবা লাইরিক অমা অমূক তম্বা হৌগদৌরিবনিনা হয়েং গুরুবার শগোলশেল নুমিৎ অসিদগী মখা তম্বা হৌরসি ! ঙসিগীদি পরা চথরগুমসিকো ।

সেবক :— ফগনি গুরুদেব ! খুরুমজরি ।

যন্দ :— ফরে ! ফরে ! নখোয় ময়াম হল্লোকো ! মঙ্গল ওইরো ইচাশা ! মঙ্গল ওইরো ।

ঙাইহাক যম্র

# কৃষ্ণানন্দ

( মরিশুবা মতাঙ )

মতম :— অয়ুক পুং ৯ লোম তাবা ।

মফম :— কৃষ্ণানন্দগী য়ুম ।

ফিভম :— বাসন্তী : মচা হন্নকপা উবদা চেনখোক্তুনা মচাবু ওকই ।

বাসন্তী :— (হন্নাওনা) কৃষ্ণানন্দ ! ইচা লাক্লেদনা ! লাকও লাকও ইচা চাক লাম্মনি ইমানা চাক লোইরে চাক্লুরসি লাকও ।

কৃষ্ণানন্দা :— (চেনশিল্লক্তুনা মমাদা হন্নাওনা কোল্লি) ইমা ! নঙনা হায়বা ঐখোয়গী দাদা দিনবন্ধুদো বন্দা লৈরম্মী । মহাক্না ঐবুনে মমাঙ থাহুনা গুরুগী আশ্রমদা থিনবি ।

বাসন্তি :— (মোমোন নোক্লগা ) অঙাওবসিদ !

কৃষ্ণানন্দ :— অওইবনে ইমা ! য়েংঙোই ইমা ঐনা বন অহুদা কিজবসি খোং অসে থাংলি হায়বা ফাওবা খঙল্লবনি । ঐ ইথন্তা বাম্থগে তৌরক্লবনি অহুদগী দাদা দিনবন্ধুবু কন্না কৌবদগী তারমালে । মা লাকএ অহুগা মানা ঐবু কিরুন্নু শুতিগী শিনবিগনি হায় !

বাসন্তি :— ( থরাই ন্নানা ) ইচাবু ন্নাম্থগে তৌই হায়বা ! নঙবু থিনবি হায়রিবদো বনগী শিঙ চনবা ঈ ফানবা মী সোয়দনা ইরমগনি ।

কৃষ্ণানন্দ :— নত্তেয়ে ইমা ! দাদা দীনবন্ধুনে ! মহাক্তি ইনাক-কৈরাক খুনবা মচা মাল্লি । ফজ-ফজবা ফিরোল ঙাক্তা

শেৎ চাই ॥ সনা লুপাসু য়াম্না শি ! মখুত্তা বাঁসি অমসু পায় । কুচুদি মুই অদুগা রাশিদি য়াম্না লৈ ইমা !

বাসন্তী :— হায়হৈদেনে অঙাওবা নঙবো !

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা ! নঙনা থাজদতুনা তৌরিনে ঐখোয়গী দাদাদো ঐঙোন্দদি য়াম্না লুনা তৌবি । মানা ঐঙোন্দা নঙদি লাইরিক্তি কয়াম তম্লে হংইবা ! অদুগা ঐনা শিশু-শিক্ষা লোইরে মথাদি তম্নবা ইমানা পৈশা লৈত্রি হায়তুনা লাইরিক লৈবিদ্রি হায়রু-বদা তু সিগী লাইরিকসে পীরকইবা য়েংউ ইমা ! গুরুনসু সিগী লাইরিকসে য়াম্না ফৈ অতৈ লৈহৌদ্রব্রা হংইবা অদুগনে ইমা ! দাদা নঙদি ঐখোয়দা নোংমত্তা লাক্তে ইমাবু হম্না য়েংবিদে হায়রুবদা থবক য়াম্না চিঙ্গি, ষণশিং অসি ঙাইহাক্তা থাদোকপা য়াদে । ঐনা হেক থাদোকপদা শক্তিক মনা অমত্তা চাও য়াদে । অদুনা লাক্তবনি নোংমা শোয়দনা লাকনি হায়রিবা ।

বাসন্তী :— ( হরাওনা নোকই ) চিঙ্ঘিবসিদি ! লাকও, লাকও চাক চারুরসি !

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা ! হয়েংমখেদি ইমানা থিনবিরনু ! ঐ ইতোমত্তা চংপা ঙম্নগনি ! বন্দা দাদা দীনবন্ধু লৈরবনিনা ঐ হৌজিক করিমতফাও কিবিদ্রে ।

বাসন্তী :— ফরেনে ! ফরেনে নঙনবু কিজদ্রবদি !

( মমা মচা ইমুং চংমিন্নখি )

ঙাইহাক যম্ব

# কৃষ্ণানন্দ

( মঙাস্থবা মতাঙ )

মতম :—অয়ুক অঙনবা।

মফম :—মুনি ষন্দ-মার্কগী আশ্রম।

ফিভম :— মুনিগী মমাঙদা সেবক ময়াম ইকোই কোইনা ফমহুনা লাইরিক তম্মী।

ষন্দ-মার্ক :— (য়াম্না চীংলেন্না) ইচাশা ! ঙসিদি ইপা ব্রা অমা হায়গে নখোয় মুন্না তাওকো ! হন্দক লাক্লদৌরিবা লাংবনগী পুর্ণিমা অসিদা লৈখিদ্রবা ঐগী লাইগুরুজনশিং অহুগীদমক লাইদা করিগুম্বা অনউসব অমতং কৎকে নিংলে। অহুনা মসিদা নঙনা নঙনা ঙমজবা করি করি পাংনগনি ? ইপাদা অহুক হায়য়ুদনা।

১বা সেবক—গুরুদেব ! ননাই ঐ চেং ঙমজগে !

ষন্দ :— সাধু ! সাধু !

২শুবা সেবক :— ননাই ঐনা ঘি থাও ঙমজরগে।

৩শুবা সেবক :— গুরুদেব ! ননাই ঐনা মনা মশিং হায়বা জাৎতু লোয়না ঙমজরগে !

৪শুবা সেবক :— গুরুদেবা ! ননাই ঐনা শিঙ মথৈ ঙমজরগে !

ষন্দ-মার্ক :— সাধু ! সাধু ! কৃষ্ণানন্দ ! করি তৌরে নহাক্রা তুমিন্না নক লুকথহুনা লৈরিববো ? য়েংউ ! নঙগী মরুপ-মপাংশিংনা মানা মানা ঙমগদবা লোয়না হায়নখ্রে। নঙগীদি করি ঙমগনি ইপাদা অহুক হায়য়ুদনা !

কৃষ্ণানন্দ :— ( মপুক্কিং শুংশিনা ) গুরুদেব ! ননাই ঐগী ইমাদি লাইরবিনি ! ঐনা হৌজিক অসি ঙমগে হায়জরম্নগা হোরেন ইমাতুনা পীবা ঙমত্রবদি গুরুদা দোস লংশিনবগুম থোক্কদ্রা কিজৈ গুরুদেব !

যন্দা মার্ক্কা :— সাধু ! সাধু ! কৃষ্ণানন্দা ! ঐনা নঙবু ৱাখল লৈবা অঙাংনি হায়না লৌই ! অচুম্বনি , থবক খুদিংমক ৱাখল লিংবগী মতৌ লৈগদবনি । মীগী থৌইনশিন্না ফত্তবা থবক তৌরবদি মতু ৱাখল লিংদবা মীগী মতৌনি । ফরে ইচাশা ! অতুদি নখোয় পুম্নমক য়েৌরোকো !

সেবক : ময়াম :— ফগনি গুরুদেব ! প্রনাম !

যন্দ-মার্ক্কা :— মঙ্গল ওইরো ইচাশা ! মঙ্গল ওইরো !

ঙাইহাক যন্ত্র

# কৃষ্ণানন্দ

তরুকশুবা মতাঙ

মতম :— অমুক পুং ৯ লোম তারকপা ।

মফম :— বনগী লম্বী ।

ফিভম :— কৃষ্ণানন্দ, ইকাই খুংশি য়াম্না মক লুকথনা হল্লকই !

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ ! করিগীনো ইনাওনা ইশুক ওবথনা চাক্পবো ? নমান্নবগা করি নিংডাই শণ্ডানরক্লবগে ? নত্রগা থবনা বরি হায়রক্লবগে তম্মু ইয়াম্দা !

কৃষ্ণানন্দ :— দাদা ওসিদি ঐহাক শিব চপ মান্নবা ইকাইবা নওলে !

কৃষ্ণ :— করি তৌরবগে হায়দুনা ইয়াম্মদা !

কৃষ্ণানন্দ :— দাদা লাক্লদৌরিবা পূর্ণনা নুমিৎ অসিদা থবগী আশ্রমদা ভানউমব অমা হংকদৌরি । মহুদা ঐগা ভক্তিমরিবা সেবক ময়াম অমদি নানা নানা উমংদবা লোয়না থবদা হায়নরে । ঐহাক্দি করি তোহোন্না হায়না থবকপা হওবদা হ সি থংগে হায়বা থম্নরে ! দাদা ! ইশাদ লাইনবিনি ! ইশানা বরি পীবা থমগনি । অর্জুনপু ইমাগা অমুক্তং থামডনখিগে হায়রম্মী । ইহু চুরুনু বলাদগী করি পীবা থম চপ নাদা ! দাদা ! ঐগী ইথংগী ভুরগা ইমাক্লবশিংনা কিরুব নিরক থংনাহৌ ! মখোয়গা মমাংদা ঐ লাইরিক তম্বা চৎপা থম্মবোই ! হয়েংদগী ঐ লাইরিক তম্বা তোক্লগে দাদা ! ( হিক হিক কপী )

কৃষ্ণ :— ( মোমোন নোক্লগা ) কৃষ্ণানন্দ ! নং করিগী লাইরিক তম্বা তোক্কনি ? নংগীদমক ইয়াম্না নৌরি হায়রবা বওংত্রা ? নখো

ঙমগে নিঙবা পোৎতো ইয়াম্বনা পীনি। হায়য়ু, অতৈ সেবক-
শিং অহুনা করি করি মথেল ঙম্নগ্রবা ?

কৃষ্ণানন্দ :— চেঙ, হরাই, ঘী, থাও, মনা-মশিঙ অহুগা শিঙ ফাওবা
মখোয়না লোয়না ঙম্নগ্রে ।

কৃষ্ণ :— অহুদি নঙনা শঙ্গোম ঙমগে হায়রোদনা ! নঙগী গুরুগী
উসব অহুদা চঙগদবা শঙ্গোম পূর্ণমক ইয়াম্বনা লোইনা পীগনি।
য়েংউ ! ইয়াম্বগী মখোম থোকপী যণবী য়াল্লা লৈগ্রপোৎনি ।
হেক ওক্তি্‌বমথৈ পীগনি ।

কৃষ্ণানন্দ :— ( হরাওনা ) অওইবরা দাদা ?

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ ! ইয়াম্বদি ওইদবা থক ঙাংদে ! ওইদবা ঙাংবা
মী অহুবুদি ইয়াম্বনা নিন্দা তৌই । চৎলো, চৎলো নঙগী
শঙ্গোম ইয়াম্বনা নঙনবা পীগনি । পুর্ণিমা নুমিৎকী অয়ুক্তা
ঙন্না মফম অসিদা উন্নসি ।

ঙাইহাক যন্ত্র

# কৃষ্ণানন্দ

হরেংঙুবা মতাং

মতম :— অযুক অঙনবা।

মফম :— মুনি মন্দ মার্কাগী আশ্রম।

ফিভম :— ব্রাহ্মনশিংনা বেদ মন্ত্র থিবা তাই।

খোঞ্জেল :— ওঁ নমো ভগবতী বাসুদেবায় স্বাহ!

মন্দ মার্কা :— (লাংতক্নুনা) করমনো ইচাশা! কৃষ্ণানন্দগী শঙ্গোম হায়বা অতুদি হৌজিক ফাওবা যৌরক্তে দনা ইস: ওন্থোবপানিদা অঙাংগী মবাদা থাজকবিবা ঐসিমুক পংবসিবু অনি শুবনখিগদ্রনে? হায! হায! ওন্থোকপনিদা! হৌজিকপু হান্না থিহৌবস্থ নত্তা! কদাইদগী শঙ্গোম লৌকনি ইমান্নবা ব্রাহ্মন মুনি ঋষিশিংগা মমাংদা চঙশি শিবা তারেদকো।

ঙাইহাক মন্ত্র

(বনগী লম্পী) কৃষ্ণনা কৃষ্ণানন্দবু ঙাইহ্রনা লৈ।

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ! ইযাম্বদি নঙবু ঙাইবা ওন্থোক্লা কুইরেদা!

কৃষ্ণানন্দ :— (হৰাওনা) দাদা ঐগী শঙ্গোম হায়বতুদি কদাই!

কৃষ্ণ :— সে সিদা লৈরে। ইয়াম্বনা পুবক্লবনি।

কৃষ্ণানন্দ :— (নিংবা কাইনা) দাদা! কবিনো নহাক্লা তৌবিরিবসিবো? অতুক চাউবা উসব অমগী শঙ্গোমবু অসিরা? দাদা! ঐ লাইরবী লুখ্রাবি মচানি হায়তুনা নঙনস্থ লক্কবিরবা? কৃষ্ণানন্দ ঐগী লাইবকসে ওন্থোক্লস্থ থিখ্রেদকো! দাদা নঙনা

ওন্বীরোইদবা নৌরবদি করিগী ঐবু গুরুদা শঙ্গোম ওমগে হায়হনবীরিবনো ?

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ ! শাওখিং ইয়াম্বগী বা তাখো ! নঙগী গুরুদা পীক্রবা শঙ্গোম পাত্র অসে পীয়ু । অদুগা অহুমা হায়যু । য়ামা চাওরবা পাত্র খরদা শঙ্গোম অসে খর খর হৈজিন্নগা ফি ওটোবা অশোংবা অমমমা কুপ্নগা চাইহন্তুং থোংত লোনশিন্নবা থম্মু । পাত্রশিং অদো সোয়দনা পিক পিক থমা লৈরমগনি ॥

কৃষ্ণানন্দ :— সোয়ড্রবরা দাদা ?

কৃষ্ণ :— ঐবু থাজো কৃষ্ণানন্দ ! ঐবু থাজবনা নঙগী য়াইফবা ওইগনি । চৎলো ! নঙনা শঙ্গোম পুরকরোইদ্রা হায়দুনা গুরুনা খুংশা থনা চাইরম্লগনি ।

ওহুক যন্ত্র

যদু-নাক্কাগী আশ্রমদা কৃষ্ণানন্দ পরপ পরপ চংলকই ।

যদু-নাক্কা :— (চিংননা) কৃষ্ণানন্দ ! কদাই নঙগী শঙ্গোমদি ?

কৃষ্ণানন্দ :— গুরুদেব ! ঐগী শঙ্গোম হায়বদো সিদা লৈজরে ।

সেবক ময়াম :— (নোকশিন্নি) হা...হা....হা...অসিবু শঙ্গোমনেয়ে ! পিকখ্রবা পাত্র অসিদু হা...হা...হা... ।

যদু-নাক্কা :— (শাওনা) হে অঙাং ! করিনো নঙনা তৌরক্লিবসে ! ঐবু লক্করিব্রা হা ? অহুক য়াবা মীরাম ফংগদৌরিবা উমবকী শঙ্গোমবু অহুক পীকখ্রবা পাত্র অসিদা পুরক্কনা লাক্লিবা ! হায়যু অঙাং ! গুরুবু উশিং থওইদবগী নহাক গুরুগী শাপ ফংগেরা ?

কৃষ্ণানন্দ :— (য়াম্না কিনা) গুরুদেব ! ননাইবু ডাকপীয় । শঙ্গোম অসে ননাইগী ইয়াম্বা দীনবন্ধু হায়বতুনা পীবিরকপনি। মহাক্কা সোয়দনা কোম্নগনি ভাকপীরকই ।

যন্দা-মার্ক্া :— মহুবু ওইথোকপা য়াবা ব্বারনে অঙাং !
অহুক য়াম্বা মীয়ানগী উসবকী শঙ্গোমবু পিকপ্রবা পাত্র অসিদা য়াওবা শঙ্গোন্না করম্না কোম্নগদোরিবনো হায়বা ?

কৃষ্ণানন্দ :— ভাবিয়ু গুরুদেব ! ননাই ঐগী ইয়াম্বনা অম্হুন্না তাকপীরকই । উসব অসিদা চংগদবা শঙ্গোম ময়াম অহুগী অচনবা পাত্র খরদা শঙ্গোম অসি খর খর হৈক্তিল্লগা ফি অঙৌবা য়াশংবনা পাত্রশিং অহু কুপশিল্লগা কা অদা মতম খরদং থোঙ লোনশিন্দনা থম্ব । শোয়দনা পাত্রশিং অহু শঙ্গোম পিক, পিক থন্না য়াওরমগনি । মসিমতং হান্না য়েংবিথো গুরুদেব ! মহুনা করিগুবা সোয়বা থোক্লবদি গুরুনা পীবিবা শাপ ননাই ফংজরগে ।

যন্দ-মার্ক্া — সাধু ! সাধু ! মহুবু বরন্না ওইথোক্লনি ! অহুমকপু য়েংবা তারে । ইচাশা ! কৃষ্ণানন্দগী ব্রাসে নখোয়হু ভারেদনা ! মহাক্কা হায়রিবা অসিমক য়ান্না থুনা পাংথোক্লবা তৌসি !

সেবক ময়াম :— ফগনি গুরুদেব !

যন্দ-মার্ক্া :— মসিদা লৈরিবা অহাঙবা পাত্রশিং অদো কাসিদা পূশিল্লু ! হো… হো… য়ারে। শঙ্গোম অসি খর খর হৈরগেকো আ ! য়ারে। মহাক্কা হায়বা ফি অসিমক্কা কুপশিল্লশি ! আঃ য়ারে ! য়ারে। কা অসে থোঙ লোনশিন্নসিকো !

— যন্ত্র

সেবক ময়াম :— (হৈরাং লাংনৈ) থল্লে ! থল্লে ! গুরুদেব ! কৃষ্ণানন্দগী ৱাফম অত্তুমক চুম্লে ।

যন্দ-মার্ক া :— (অঙকপা চিংনবগা লোয়ননা) হা ! অচুম্বা ওইরবা ! সাধু ! সাধু ! ইপাগী কৃষ্ণানন্দ । ইপাদি নংবু থাগলুব্রেদনা ! ঙসিদি কৃষ্ণানন্দ ! নঙ ইপাবু ঙাকউকো ! ধ্রুব নারদ প্রহ্লাদন-চিংবা মুনি ঋষি কয়ানা মপোক কয়া তোপ তৌদুনা ফঙগে তানবদা ফংঙমদ্রবা ইবুংঙো মহাক্কী শ্রী চরননি । ননাই যন্দ-মার্ক না মপোক কয়া তোপ তৌজবস্তু ইবুংঙো নংগী শ্রীচরনগী লন অত্তুবুনি পামজবা ননাইনা ! ঙসি যন্দ-মার্ক াগী মীত্তা উহনবীরিবা অসিবু পাপ চেল্লবা ননাইগী লমী উৎপীরিব্রনে প্রভু ! হে ভগবান ! ফুইনা হৌরকপা নোংগী কুচুবু ঙমজবা খুত্তা শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম থোনবা ! খাংদা সনা ফিগে কুপ্পানা লৈতেংবা ! কোক্তা ৱাহেং মচুগী চুবা থোনবা ! হে দিনদয়াময় ! পাপ চেল্লবা ননাই যন্দ-মার্ক না ইবুংঙো নংগী শ্রীচরন্দা লংজখ্রে ! ঙাকপীয়ুবো হে প্রানাথ ! (হিক্লা কপগী)

কৃষ্ণানন্দ :— (অকিবগা লোয়ননা) গুরুদেব ! হৌজিক্তি ননাইনা হায়জবা চুম্নবনিনা ঐবু শাপ তৌবিরম্নুকো !

যন্দ-মার্ক া :— (পুক্রিং নুংশিনা) ইপাগী কৃষ্ণানন্দ ! করিগী ইচাবু শাপ তৌরুগদগে ! য়েংঙোই ঙসিদি ইপা ইচা চাক চানিম্নগনি ! নঙগা ৱারী শান্নগদবা য়াম্না লৈখ্রে । অত্তুনা নংনে ময়ামগা মরক্তা চাবা য়াওরুরম্নুকো !

কৃষ্ণানন্দ :— ফগনি গুরুদেব !

ঙাইহাক যল্ল

# কৃষ্ণানন

## নিপালশুবা মতাঙ

মতম :— নুংথিল নুমিৎ চাইথরকপা ।

মফম :— যন্দ-মার্কা মু নেগী অচিকপা কা অম

ফিভম :— যন্দ-মর্কা অমদি কৃষ্ণানন্দ ৱারী শান্নদুনা লৈ ।

যন্দ-মার্কা :— ( চিংলেন্না ) কৃষ্ণানন্দ ! য়েংঙোই নঙোন্দা ইপানা তমীবা য়াবা কয়া তমীখ্রে ! নহাকসু হৈবা য়াবা কয়া হৈরে ! অদুনা ঙসিদি ইপানা ইচাগী নফমদগী গুরু দক্ষিনা পাম্মী ।

কৃষ্ণানন্দ :— ( থরাহ রানা ) গুরুদেব !

যন্দ-মার্কা :— অস্লক কুইবা মতমসে ইপাসু নঙোন্দা নোংমতা গুরু দক্ষিনা কৎলো হায়দেদনা !

কৃষ্ণানন্দ :— ( মুংশা থিনা ) গুরুদেব ! ননাইবু করি দক্ষিনা কৎচো হায়বগে ? ইমাদি লাইরবীনি । ইমানা নোংমগী কোইনা ভিক্ষা চৎলুবা নত্রগা মীগী শিল্লংলুবা অদুদা ফংলকপা অদুতনা চরা তমজবনি ! ননাইগী থরায় মঙা অসি নত্তনা লৈজদেনে গুরদেব ! ননাইবু ভাকপীয়ু । ভাকপীয়ুনে গুরুদেব ! (হিক হিক কপ্পী, গুরুগী মখোং কোল্লি )

যন্দ-মার্কা :— কৃষ্ণানন্দ ! হৌগৎলু ! হৌগৎলুনে ! নহাক ঙসিদি গুরুনী দক্ষিনা পীরমদনা চৎথিবা শুকয়া য়ারোইকো !

কৃষ্ণানন্দ :— ( নিংদোন চোংনা কিনা ) গুরুদেব !

যন্দ-মার্ক্া :— অহুগা অসিমসু খঙউ ! ঐনা নঙোন্দা কৎলু হায়গ-দৌরিবা দক্ষিনা অসিসু নঙোন্দা লৈতবা পোৎ কৎলু খক হায়রোইকো। নংগী তথৈো পোৎনি ! সনা লুপা মনি মুক্তা পামদেকো ইপাদি !

কৃষ্ণানন্দ :— গুরুদেব ! ননাইগী লৈজবা পোৎ ওইরবদি চিংনবা লৈতনা কচ্চরগে ! ননাইগী পঞ্চ প্রান অসিমক ওইরবসু কচ্চরম্লগে তাকপীবো গুরুদেব !

যন্দ-মার্ক্া :— কৃষ্ণানন্দ ! নঙ সোয়দনা পীগনি হায়না রাশকউ ইপাদা !

কৃষ্ণানন্দ :— সন্য ! সত্য কৌবা লাইনা খঙশনু ! গুরুদেবনা শাক্ষি ! ননাইগী অরৈববু ওইববদি সোযদনা কচ্চরগে !

যন্দ-মাক্া :— (হবাও তুজুং পুক্লি নুংশি যাল্লনা ) সাধু ! সাধু ! ইপা পেসে । কৃষ্ণানন্দ ইপা পেস্ত্র ! মহম অমদা ইপানা নঙবু লাইরবা ভোল্ল-তাববা কনা লৈজদবনি হায়না খন্দী । অহুবু ঙসিদি নঙমূক লাইবক ফবা ! নঙমূক লন লৈবা জগত্তা কনা লৈরমখিগদগেনহৈ কৃষ্ণানন্দ ! ( হিক হিক কপ্পী ) ধ্রুব-নারদা মুনি ঋষি কযানা মপোক কযা তোপ তৌহুনা ফংগে তানবদা ফংঙমদ্রবা লন অহু নঙোন্দদি লৈবয়েনহে কৃষ্ণানন্দ ! অহুগুম্বা লন অহু ফংজবমক ঙমদ্রবসু মশক্তদি উহল্লুগবা ইপাদা মহুতনি ইপানা ইচাগী নফমদা দক্ষিনা ওইনা নিনি লিবসু ।

কৃষ্ণানন্দ :— গুরুদেব ! ননাই ভাব তাবা ঙমজদ্রে ! ননাইবু ভাব তাহনবিবো !

যন্দ-মার্ক্া :— ( পুক্লিং নুংশিনা ) ইপা হায়গে মুন্না তাওকো ! নোংমা নঙগী তন্নবা লাইরিক পীবকই হায়বা ! ঙসিসু শঙ্গোল পীরকই হায়বা নঙগী দাদা দীনবন্ধু অহুতবুনি ইপানা উজনিংবা !

ইপানা পামজবা লনস্থ অতৈ অমা নত্তেকো কৃষ্ণানন্দ! নঙগী দীনবন্ধু কৌবা দাদা অত্থগী খুম্নাগী উফুলহু ইপাগী কোকথক্তা হাপ্পা ফংজবা অহুতবুনিকো ইপানা পামজবা! (হিক্লা হিক্লা কপ্পী) ইপাদি নঙগী দাদা অহু উনিংবনা পুক্লিং অসে তপথবা ঙমদ্রে! ইপাদা অমুক্তদি উহল্লুগবা কৃষ্ণানন্দ!

কৃষ্ণানন্দ :— গুরুদেব! অহুগীদমক ওইরবদি ৱাবিরুরগনু! ঐনা গুরুদেবগা দাদা দীনবন্ধুগা সোয়দনা উন্নহনগনি! অহুবু গুরুদেব! মহাক অসিদা লাকউ হায়বদি য়াগদবা মান্দে! মাদি অয়াম্বা মতমদা বন্দা যণ শেন্দুনা অহুম লৈ! অহুনা মহাক থবক য়ান্না চিঙে! যণশিং অদো মহাক্তা ঙাইহাক্তং থাদোকপদা শক্তিক মনা অমত্তা চাও হায়বা য়াদে। অহুগা গুরুদেব! ঐখোয়গী দাদা দীনবন্ধুদো বাঁশি খোংবস্থ য়াম্না হৈ! মানা বাঁশি হেক খোঙবদা যণশিং অদো মনাক্তা লোয়না হেক্তা চেলশিল্লকই।

যন্দ-মাক্কা :— (নিংদোল চোংনা) বাঁশি খোংবস্থ হৈবকো!

কৃষ্ণানন্দ :— অহু গুরুদেব! বন্দা চৎলগা মাগা হেক্তা উন্নরুরসিরা?

যন্দ-মাক্কা :— (হরাও তুজুংনা) কৃষ্ণানন্দ! চৎলশি হৌজিকমক ইপা নঙগী নয়াম্বদো উনিংবনা পুক্লিং অসে লৈতাবা ঙমদরে। লাকও কৃষ্ণানন্দ! চৎলসে!

ঙাইহাক যম্ভ

# কৃষ্ণানন্দ

( মাপল গুবা মতাঙ )

মতম :— মুংখিল পুং ৩ লোম তাবা

মফম :— বনগী লম্বী।

ফিভম :— যন্দ-মার্কা মুনিগা কৃষ্ণানন্দগা তুংখা মাংখা লাকই।
উচেক ৱায়া-শা-কৈগী খোনজেল তাই।

যন্দ-মার্কা :— ( চিংননা ) কৃষ্ণানন্দ ! মফম অসিদা তাইবঙ মী লৈবগী কন্নিগুম্বা খুদম অমত্তুম উদেনে। নঙগী দাদা হায়বহুবু মফম কদাইৱাইদা লৈরমগদগে ?

কৃষ্ণানন্দ :— গুরুদেব ! সোয়দনা লৈরমগনি। মফম অসিদনি মাগা ঐগা হেক হেক উনরিবসে। মহাক শোয়দনা লৈরমখিগনি য়ুমদদি হল্লমখিরোই ! নিতি মুমিৎ খুদিংগী ঐনা হল্লক্লিবা ফাওবা মফমসিদা মানা ঙাইবিরম্বনি ! ঙসি গুরুদেব লোয়নরকপসিদা ইকাইহুনা লোৎখ্রবা জাৎলা। অহুমকপু গুরুদেব মফম অসিদা হৌরিবা উজাও পাম্বী অসিগী মখোঙদা ঙাইহাক্তা পোৎথাবিরম্মু ! ঐ অমুৱাই ফাওবদা লৈৱা য়েংজরুখিগে।

যন্দা-মার্কা :— কৃষ্ণানন্দ ! শাকৈনা থল্লবা বননি পংলাপ লাপ্পা চৎখিগনুকো।

( বাঁশিগী খোলজেল )

কৃষ্ণানন্দ :— (কৌনা কৌনা থিরকই) হো দাদা ! হো দাদা দীনবন্ধু ! নহাকপু কদায়দা লৈবগে ? ননাও লাকএ ! হো দাদা ! ঐনা অমুক ৱানা খিরগা মানা কয়াদা নিংঙাইদনা লৈরিবা !

অথাঙ্কলা ভারিবা বাঁশিগী খোলজেল অসে মহাক শোয়দনা ওইরমগনি।

হো দাদা! হো দাদা দীনবন্ধু! নহাকপু কদায়দা লৈবগে!

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ! করি তৌরে ইয়াম্বু তহা তহা কৌববো? নঙগী শঙ্গোম অদু পীরুবদা গুরুনা করি হায়রক্রুবগে?

কৃষ্ণানন্দ :— শঙ্গোম অদুনা মরম ওইদুনা দাদাবূ কৌরক্রিবনি।

কৃষ্ণ :— শঙ্গোম! করি তৌরবা? তম্মু ইয়াম্বদা!

কৃষ্ণানন্দ :— দাদা! দাদানা পিবিবা অপিকপা শঙ্গোমগী পাত্র অদু উবদা গুরুনা অহাম্বদা য়াম্না শাওরম্মী অদুদগী ...।

কৃষ্ণ :— মখা তম্মু কৃষ্ণানন্দ!

কৃষ্ণানন্দ :— অদুদগী ঐনা দাদানা হায়বিরকপা পুন্নমক লোয়না তৌহল্লে! দাদানা তাকপিরকপা অদুমক লোয়না অচুম্বা ওইরে। শঙ্গোমসু লেম পানা কোন্নরে। দাদা থোদো অদুদা গুরুনা করিগুম্বা অঙকপা চিংনবা অমা পোকপগুম তৌখি। অদুদগীদি দাদা! গুরুনা ঐবূ চাকসু মম্নাম সরক্তা চাবা য়াওহন্দ্রে। গুরুগা ঐগতা তোঙাম্না অচিকপা কা অমা পুন্না চামিন্নরে। দাদা! চাক চাবা তোক্লবা মতুংদাদি গুরুগী দক্ষিনা কংলু হায়রে! দাদা! গুরুদা কংনবা দক্ষিনাদি হায়রুসু! য়ুমদা ইমাহুবু চারিগন্ত্রা চারিরোইদ্রা ঐদি গুরুগা হাওরবা মথেল চারেদকো থল্লবদা চাক্তো চখোম অনিদগী হেন্না হুপপা ঙমখিদ্রবনি। দাদা! নলাওদি সনা লুপা করি লৈজদবনা গুরুগী মখোঙ কোল্লগা কপ্পনা হায়জখি।

কৃষ্ণ :— (নুংশিনা) কৃষ্ণানন্দ! নঙনা ইয়াম্না লৈরি হান্নবা হেক হেক কাওথোক্লিবা করিগীনো? হায়মু! নঙগী গুরুনা কংলু হায়রিবা

দক্ষিনা অদুদা নওনা সনা কয়া, লুপা কয়া কৎনিংবগে ?

কৃষ্ণানন্দ :— দাদা ! ঐসু গুরুনা সনা লুপা কৎলু হায়রক্কদ্রা খন্দুনা ওন্থোক্লা ব্রাক্লরবনি। অদুবু মচু নৎলমদ্রে ! গুরুনা সনা লুপা পামদে !

কৃষ্ণ :— (ঙক্না) সনা লুপা পামদে হায়বা ?

কৃষ্ণানন্দ :— অং দাদা ! গুরুনা সনা লুপা পামদে ! দাদাগা উন্নহল্ল ! দাদাবু পীযু হাযরে ! অদুদগী ঐনা দাদাবু গুরুগা উন্নহনগনি হায়রম্লে ! দাদা গুরুদো বনগী লন্দীসি লাকপদা ব্রারদুনা উজাও অমগী মখোঙদা পোৎথাদুনা লৈহৌরি ! চৎসি লাকও দাদা ! গুরুনা ব্রানা ঙাইহৌবিএ ! চৎসে !

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ ! ইয়াম্বদি কদায়দগী যনশিং অসি থাদোক্তু্না চংপা য়াগদগে ? ঐনা হেক থাদোক্লম্বদা যনশিং অসে পুমচাই চাইথ্রগদবনি। ইয়াম্বা সিদা লৈরমগে, নঙগী গুরুদো সিদা লাকপিযু হায়রুরো !

কৃষ্ণানন্দ :— ঙম্মোই দাদা ! ঐনা গুরু পুবক্লগা নঙনা যন চেনথ্রে হায়দুনা অমরোমদা অমুক চৎথোকথ্রবদি ঐ দাদাবু কোইথি থিবা ঙম্মরোই ! লাকও দাদা চংসি লাকও !

( যন্ত্র শা কৈগী খোনজেল )

যন্দ-মার্ক্কা :— (মথন্তা) গুরুবা বন অসিদা মথন্তা কদায় য়ৌনা চংথ্রবনোনে ! নহানমুক্কী মপোক্তা করি পুন্য তৌরকপনা ঐনা মাবু ইচা ইনাও ওইনা ফংজকবা ! পিক্লিবা অঙাং মাগী মচিন্দগী থোরকপা ব্রাহৈ পুম্নমক অমৎতগী মশক ঙাক্তা ওইবা !

কৃষ্ণানন্দ:— ( হরাও মুংঙাই য়াম্মনা ) গুরুদেব ! গুরুদেব ! গুরুদেব ! দাদা ! দীনবন্ধু লাকএ ব্রাবিরুরম্নু !

যন্দ-মার্কা ঃ— ( ইউক ঙক্না ) করি ! করি হায়বা ! দাদা দীনবন্ধু লাকএ হায়বা !

কৃষ্ণানন্দ :— হোয় গুরুদেব ! ব্রাবিরনু !

যন্দ-মার্কা ঃ— করিনো ! করিনো ঐনা তৌরিবসিবু ? ( কৃষ্ণগী মখোঙদা তুই )

মঙলা তাইবংলা ! হে ভগবান ! তোল্লবা ননাই যন্দ-মার্কানা কোটি প্রনাম তৌজরি ! ননাইগী আপরাধ পুন্নমক ঙাকপীয়ুকো হে দয়াময় !

কৃষ্ণ :— হে ঋষিবর ! হৌগৎলু ! হায়্রু নহাক করি পাম্বগে ? হৌজিক্তি কৃষ্ণ ঐ লাক্লেদনা !

যন্দ মার্কা :— ( প্রেমগা লোয়ননা ) হে প্রভু ! হে ভগবান ! হে দয়াময় ! ননাইগী করি অপাম্বা লৈজদে ! ধ্রুব নারদ মুনি ঋষি কয়ানা মপোক কয়া তোপ তৌদুনা ফংগে তানবদা ফংঙমদ্রবা শ্রীচরন অদুতবুনি ননাইনা পামজবা ! মপোক মপোক খুদিংমক্তা তোল্লবা ননাই যন্দ-মার্কাবু চরনগী ননাই ওইনা লৌশিনবিয়ু ! মসি তনি ননাইনা নিজনিংবা ! হে ভগবান ! নঙদি জগৎকী মপুনি ! হে দয়াময় ! ঙসি ননাই যন্দ-মার্কানা ননাইগী পাপ চেল্লবা থব্রাই হকচাং অসে মমল য়াঙদনা ইবুংঙো নহাক্কী শ্রীচরন্দা কৎথোকচরবনি ।

সজলজলদনীলং দর্শিতদারশীলং
করতলধৃতশৈলং বেনুবাদ্যরসালং
ব্রজজনকুল পালং কামিনীকেলীলোলং
তরুন তুলসিমালং নৌমি গোপালবালং ।

( ঙাইহাক যম্রু )

# কৃষ্ণানন্দ

( তরাশুবা মতাং )

মতম :— নুমিৎ চাইথরকপা।

মফম :— কৃষ্ণানন্দগী য়ুম।

ফিতম :— কৃষ্ণানন্দ মমাগীনাক্তা তফিং তফিং চেলশিল্লকই।

কৃষ্ণানন্দ :— (হরাওনা) ইমা ! ইমা ! য়েংঙো, ঙসিদি ঐখোয়গী দাদা দীনবন্ধুদো গুরুদেবগম্ভ উনখ্রেদো !

বাসন্তী :— ( ইংক উক্না ) করি হায়বা ? নঙগী দাদা দীনবন্ধুগা গুরুদেবগা উনখ্রে হায়বা ?

কৃষ্ণানন্দ :—উম ইমা ! দাদা দীনবন্ধু হেক উবগা গুরুদেবদো দাদাগী মখোঙ কোন্দুনা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লীবা !

বাসন্তী :— গুরুদেবনা নঙগী দাদাগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্পী হায়বা ? কৃষ্ণানন্দ মখোয় অসি মফম কদায়দা মতৌ করম্না উনবগে ? ইমাদা, হায়য়ু ইমা য়াম্না তানিংলে !

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা গুরুদেবগী উসবতা কংনবা শঙ্গোমদো দাদা দীনবন্ধুনা য়াম্না পিকথ্রবা পাত্র অমদা পী ! পাত্র অদু উবদা গুরুদেবনা য়াম্না শাওরকই। শাওমনখিদুনা মঙোন্দা লক্লরিবনি হায়দুনা ঐঙোন্দা শাপ তৌরগে হায়রকই ! ইমা ! গুরুদেবগী মৈটৈ অদুদা ঐ কিজবনা হকচাং অসে থক থক নিত্তুনা খাংখি।

বাসন্তী :— (থরাই রানা) মাংলেদনা ইমাগী ইবুংঙো ! হায়য়ু ইমাদা গুরুনা শাপ তৌথ্রবরা ?

কৃষ্ণানন্দ :— তৌখিদে ইনা ! ঐনা দাদা দীনবন্ধুনা হায়রকপা অদো অমুক্তা য়েংবিখো ! করিগুম্বা শোয়রবদি নচাগী প্রান কচ্চগে হায়জখি !

বাসন্তী :— নঙগী দাদা দীনবন্ধুনা করি হায়রকপা তম্মু ইমাদা !

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা ! অঙকপা মতৌনি । পীক্রবা পাত্র অদুদা য়াওরম্বা শঙ্গোম অদো দাদানা হায়রকপগী মতুং ইম্না চাওরবা পাত্র খরদা হৈজিল্লে ! অদুগা কি অঙৌবা অশেংবা অমমন্না কুপ-শিন্নগা মতম খন্না থোঙ লোনশিন্দুনা থম্মি !

বাসন্তী : — ( ঙক্লা ) আ ... অদুদগী কদৌরবা ?

কৃষ্ণানন্দ : — অদুদগী ডাইহাক লৈরগা হাংদোক্কুনা য়েংবা মতমদদি পাত্রশিং অদো শঙ্গোম পিক পিক থন্না য়াওরম্লিবা ! মদু উবদা গুরুদেবদো অঙকপা অমগা লোয়নননা য়াম্না হরাওখি । অদুগা ইমা ! চাকস্থ চীক্রবা কা অমদা গুরুদেবগা ঐগতা চান্মিনৈ । চাক তোক্লগদি গুরুনা ঐঙোন্দা ঐখোয়গী দাদা দীনবন্ধুবু দক্ষিনা ওইনা উন্নহল্লু হায়রে ! ঐস্থ উন্নহনগে হায়দুনা বন্দা গুরুদেববু পুরকই । দাদা দীনবন্ধুবু হেক উবদা গুরুদেবদো লৈমায়দা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লিবা ! ইমা অদুবু করিগীনো ?

বাসন্তী : — ( পূক্লিং নুংশিনা ) হে ভগবন ! নঙগী করম্বা লীলানো ঐনা ইচাবু কিদনবা হায়খিবা মীনম্বা বাহৈ কয়া অদুনা স্বযং মুক্তি ওইনা চোংথোকপিরক্কুনা অচুম্বনি তাকপিক্লবা ! হে দয়াময় তোল্লবী ননাই বানন্তীগী অপরাধ পুন্নমক ডাকপিয়ুকো কৃষ্ণানন্দ ! নঙগী দাদা দীনবন্ধু বন্দা শোয়দনা লৈহৌইকো ?

কৃষ্ণানন্দ :— উম লৈহৌই ইমা ! মহাক্তি বন্দা ষণ শেন্দুনা অদুম লৈ । অদুগনে ইমা, দাদানা লৈরিবা খুল অদুগী মমিংস্থ প্রেমনগর কৌই । মহাক্তি মথৌ ওম্বোক্লা চিনগ্রপোৎনি ! মহাকী ষণশিং অদো মহাকী মশক হেক উদবদা শজিক মনা অমত্তা চাও হাইবা য়াদে ।

বাসন্তী :— অদুদি চংলো ইবুংঙো ইমাগী মাঙ থারো! ইমাবুনে নঙগী দাদানা লৈহৌবা মক্কম অদু তম্না পুরো! ইমাস্থ অমুক্তা উম্নগে!

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা! ইমানবু উম্নবিগে হায়রবদি করিগী ইমানা ৱানা বন্দা চুৎলুগদগে? ঐ হেক্তা দাদাবু লৌরুগে! ইমা য়ুমদা স্থম লৈবিরম্মু! দাদা দীনবন্ধুবু সোয়দনা পুজরক্কে। হে সত্য মহাক চৎসি হায়বা য়াদ য়াদসনু ঐদি মহাক্কা হেক্তা কৌনরোইদবনি মহাক্না কৌরক্রবস্থ শুকথুম খুন্নীরোই।

বাসন্তী :— হায়হৈদে! হায়হৈদে! ইমাগী কৃষ্ণ! নঙগী দাদা দীনবন্ধুনা কৈদৌইঙদস্থ খৎনগন্নুকো ইবুংঙো! মতম পুন্নমক্তা নঙবু শেগীবা ঈশ্বরমক্তি খন্দুনা লুনা চান্না নিংগদবনি!

কৃষ্ণানন্দ :— য়াস্থ সোয়দনা য়ারক্কনিদা ইমা! ঐগী দাদা দীনবন্ধুনা ঐবু ওম্থোক্না লুনা তৌথ্রপোৎনি! ইমা কান্নদে ঐ চৎলগে দাদা দীনবন্ধুবু লৌরুখিগে! থেংলে হায়দুনা ময়ুমদা হল্লমদুনা তোক্কনি! ইমা! নঙ চৎথোক্রমগন্নুকো! ইমানা চৎথোক্রম্নবদি দাদানা শাওনি! ঐ চৎলে ইমা! (চৎখি)

বাসন্তী :— ইস: করিনো! হকচাং অসিনা হামচৎ হামফোয়নরিবা ফুমদা তাওবগুম ইতাও তাওরিবা অসিবো! খঙহৌদনা নিংদোল্ল চোংলিবা অসিনা করিগী! ইচাবু নিঙ্গিগী শুক্রবা বন অদু লানবি! তন্ননবা লাইরিক পী! গুরুগী উসনকী শঙ্গোম পী! পুন্নমক অঙাংগী মরানি! পংঙাং ঙাংজবনি খন্দুনা নোংমতস্থ থওইনা তাবিরুদে! অদুবু ইচাগী গুরু যন্দা মার্ক্ক মুনিনা মখোঙ কোন্দুনা কপ্পি হায়রিবা অসিনা করম্বা ময়া ওইরিগবা (কপ্পা)! হে ভগবন! নঙগী লীলাবু ভাইবঙ

কনানা খঙবা ঙমগদগে ! জগৎকী তোল্ল তারবা জীবশিংবু ফত্তুবা হিংচাবশীংগী মখুত্তগী কনবিনবগীদমক যুগ যুগ খুদিংদা অবতার ওইবা ইবুংঙো নঙবু তোল্লবী ননাইনা কাওদনা নিংজবদি অতৈ অমগী নত্তে হে কৃষ্ণ ! পাপ চেল্লবী ননাইনা উজনিংবনি ইবুংঙো নঙগী শাথেক অহুমগী মুত্তিদো । হা কৃষ্ণ ! থৌজানবিরোগবা ননাইদা ! হা-কৃষ্ণা ... ! হা-কৃষ্ণা--- ! (ৱাত্থখি)

( অথাপ্পদা বাঁশিগী খোলজেল তাই )

কৃষ্ণানন্দ :— অথাপ্পদা তারিবা বাঁশিগী খোলজেল অসে শোয়রোই দাদা দীনবন্ধুগী বাঁশিগী খোনজেলনি ! মতম অসুক থেংলফাওবা কয়াদানিংঙাইদনা লৈথোক্লিবনো ! হা দাদা ! হো দাদা দীনবন্ধু ! নহাকপু কদাইদা লৈবগে ! হা দাদা !

( বন্দা চেন্না চেন্না কৌই )

কৃষ্ণ :— ( চিং-লেন্না ) করি তৌরে কৃষ্ণানন্দ নঙ অমুক তন্না চেন্নক্লিববো ?

কৃষ্ণানন্দ :— ( স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না ) দাদা ! নঙ হৌজিকমক ঐখোয় য়ুমদা চৎলুদবা য়াদ্রে ! ইমাদা ঐনা দাদাবু শোয়দনা পুরক্কে হায়রম্মে ! দাদা য়েংও ইমাদো দাদা উন্নবা চৎকনি তৌবদা ঐনা খামদুনা থনম্মে ! দাদা! চৎসি ইমা উনরুসে লাকও থেংখ্রে হায়বা !

কৃষ্ণ :— ঙসিদি থেংলে হয়েং চৎলসি ! নঙসু খঙলিবদুনি ঐগী যণশিং অসে মীকুপ অমত্তা থাদোকপা য়াদে হায়বা !

কৃষ্ণানন্দ :— অহু য়াদে দাদা ! ইমানা দাদাবু ওন্থোক্লা ৱানা ঙাই-হৌরিপোৎনি ।

কৃষ্ণ :— করিমী তহা তহারিবনো কৃষ্ণানন্দ ! ঙসিদি থেংলে হায়বা !

কৃষ্ণানন্দ :— ( ৰারৌনা ) ঐদি দাদা পুদ্রিফাওবা য়ুমদা হল্লরোই। ঐস্থ খঙলে ! নহাক তশেংনা ইমাবু নুংশিদ্রে হায়বা ! অহুবু ইমাদদি দাদাবু লৌবা চৎলিবনি হায়রম্নগা হৌজিক্না দাদা পুদনা হনবা ঐ ঙম্লোই। দাদাগী প্রেমনগর হায়বা খুঙ্গং অহুদা চৎলসি ! ঐস্থ দাদাগী নতুং ইল্লগে ?

কৃষ্ণ :— ভাইখো কৃষ্ণানন্দ ! নহাকপু ঙসাই গুরুগী অনউসব অহুদা চাক্না নিংথিনা চারক্লে হায়বা নত্রা ? হৌজিকপু য়ুমদগী চাক্না চারক্লবনে নহাকপো ?

কৃষ্ণানন্দ :— চারক্লি দাদা ! ঐগী চাক শরুক অদো দাদা ইবানি চামিন্নরুরসি ! চৎসি লাকও দাদা !

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ নহাক্না হায়বা খুদিং ইয়াম্বনা য়াররক্লি অহুবু ঙসিদি নহাক হল্লো ! ইয়াম্বা নোংমা সোয়দনা লাক্কে।

কৃষ্ণানন্দ :— ইমানা উন্ননিংই হায়রগা নংনা চৎনিংদ্রিবা করিগীনো ? নঙদি নোংমতস্থ লাক্লে, ইমাবু নুংশি নুংশিদ্রমাল্লে। খঙলে দাদা ! নংনা চৎশি য়াদ্রবদি ঐ হয়েংদগী লাইরিক তম্বস্থ চৎলরোই ! দাদা ! মতুংদদি ঐ নংবু অমুক থিরক্রোই (হিক হিক কপ্পী)।

কৃষ্ণ :— ফরে ! কৃষ্ণানন্দ ! চৎলো মাঙ থারো চৎলসি ! ইমাগা উন্নরুরসি।

ভাইহাক যন্ত্র

# কৃষ্ণানন্দ

( তরামাথোইশুবা মতাঙ )

মতম :— মুমিৎ তারনদাইগী মশেক মঙাল উবা।

মফম :— কৃষ্ণানন্দগী য়ুম।

ফিভম :— বাসন্তী জ্ঞান মাঙদুনা তুম্বগুম তাদুনা লৈবা! নুংশিরবা বাঁশিগী খোলজেল মরক্তা চন্দনগী নুংশিরবা মনম।

কৃষ্ণানন্দ :— (হরাওনা) ইমা! ইমা! হৌগৎলো! দাদা দীনবন্ধু লাকএ।

বাসন্তী : (ইথক-থক্তা) কৃষ্ণানন্দ! কদাই নঙগী দাদা হায়বদি?

কৃষ্ণানন্দ :— য়েংউ ইমা! দাদা দীনবন্ধু অসিদা লেপ্তুনা লৈরে উদ্রিবরা?

বাসন্তী :— (অঙকপা তুজুংবগা লোয়ননা কপ্পা কপ্পা) হে ভগবন! তোল্লবী ননাইগী অপরাধ পুম্নমক ঙাকপিয়ুকো! হে প্রভু! পাপ চেম্বী ননাইগী মাঙদা উৎশিরিবা শ্রীমূর্ত্তি অসিবু মঙলা তাইবঙলা ননাইদি ভাব তাবা ঙমজদ্রে ননাইবু ভাব তাহনাবিরো হে প্রভু

কৃষ্ণ :— (নুংশিনা) ইমা! মঙ নত্তে তাইবঙনি! লেংখৎপীরো জন্ননি! ইমানা করি পাম্বীবা তংকপীরো নচাদা।

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা! করিগীনো নচাবু খুরুম্বা হৌনব্রা? তৌহৈদে হৌগৎলো ইমা!

বাসন্তী :— (থম্মোই পূবা ঙমদনা কপ্পা) ইমাগী কৃষ্ণানন্দ! ইমানা করি পুন্যা তৌজরকপনা নঙবু ইচা ওইনা ফংজরুবা! ইমা পেল্লে! ইমাগী কৃষ্ণানন্দ! ইমা পেল্লে! য়েংউ নমাঙদা লেপ্লিবা

ফুইনা হৌরকপা নোংগী কুচুবু ঙমজবা ! খুত্তা বা৺শি ! খাংদা সনা ফিগে কুনজানা লৈতেংবা ! কোক্তা ৱাহোং মতুগী চূরা থোনবা ! নঙগী দাদা দীনবন্ধু কনানো হায়বা নঙদি হৌজিক ফাওবা খঙত্রি !

কৃষ্ণানন্দ :— করিনো ইমা, ইমানা তাকপীরিবা অতুবো ? অসিদা লেপলিবসে ঐগা হেক পোকমিন্নজবা দাদা দীনবন্ধু অতুনে ।

বাসন্তী :— ( প্রেম তৌনা ) নত্তে ! কৃষ্ণানন্দ ! নত্তে। ইমা হায়গে তাওকো ! মুনি ঋষি কয়ানা মপোক কয়া তোপ তৌদুনা ফংগে তানবদা ফংঙমদ্রবা ভগবান মাগী মুর্ত্তি অদো নমাঙদা লেপ্লীবা অসিনিনহে কৃষ্ণানন্দ ! নঙনা শুক্রবা বন ফাওদুনা নহৈ তস্বা চৎপদা কিদনবা হায়দুনা ইমানা দীনবন্ধু কৌবা নয়াম্বা অমা লৈ হায়জিনখিবনি ! নমাঙদা লেপলিবা শ্রীমুর্ত্তি অসিদি কদায়দগী নয়াম্বা ওইগদগেনে কৃষ্ণানন্দ ! জগৎকী মমা লৈজদ্রবশিংগী মমা ওইরিবা ! মপা লৈজদবশিংগী মপা ওইবিবা ! ময়াম্বা লৈজদবশিংগী ময়াম্বা ওইবিবা ! জগৎনা মাতবু নিংনরিবা কৃষ্ণ হায়বদো নমাঙদা লেপ্লীবা শ্রীমুর্ত্তি অসিনিনহে কৃষ্ণানন্দ ! হে দয়ানন্দ ! ইচানা অঙাংগী জ্ঞান ওইখিবনা ঙাংহৈ শকহৈদবা কয়া ঙাংখি শকখিবা শ্রীচরনগী ননাইনি খনবিদুনা ঙাকপীযুকো প্রভু !

কৃষ্ণ :— করিগীনো ইমা অতুন্না তাকপীরিববো ! ইমানা কৃষ্ণ ঐবু নচা অমা ওইনা হেক নুংশিবিখিবা মীৎকুপ অতুদা ঐনসু হেক পোকপীবা ইমামকনি খন্না নুংশিজগ্রবনি । কৃষ্ণানন্দনা কৃষ্ণ ঐগা হেক পোকমিন্নজবা ইনাওনি ! ইয়াম্বগী কৃষ্ণানন্দা ! লাও ইয়াম্বদি ইথৌ চিনবনিনা নোংমতা লাক্কনা ইমা অমদি নঙবু হংলদবা অতুদা শাওদুনা ইমানা নয়াম্বা নত্তে হায়রিবনি । নঙ ঐগী

কৃষ্ণ :— (সুংশিনা) কপকনু ! ইয়াম্বগী ইবুংঙো ! করিগীনো ইনাওনা কপ্পীববো ! ইমানা নত্তৌ য়েংগদবগী ফাগি তৌরিবনে ! ইমা ! মচা ওইবনা মমা ওইবীগী মক্কমদগী ফংজনিংবা বাসল্য প্রেম অহুবু মচাদা ফংহনবীররে ইন্দ্রা ইমা ?

বাসন্তী :— (থম্মোয় ফ্রক্লা) ইমাগী কৃষ্ণ ! লাও চঙশিল্লিকউ ইমা কোনগে ! লাইরবী ইমাগী যুমদা ইচানা লেংবিরকপদি ইমানা করিনা সেবা তৌজগনি ।

কৃষ্ণ :— ইমা ! নচাদি বন্দ কোইনা ষণ শেল্লুবনা চাক ওন্থোক্লা লাম্নেবো চাক্কা লৈবিদ্রবা ইমা ?

বাসন্তী :— (কপ্পা) প্রভু ! লৈদি লৈরি অহুবু ... ... ?

কৃষ্ণ :— ইমা ! করিগীনো নচাদা প্রভু হায়না কৌবিরিবা ? হৌজিক্লা নচাদা মমা অমনা মচা অমদা উৎপিফম থোকপা বাসল্য প্রেম অহুবু উৎপিগ্রবা নব্রা ? হৌজিক্লা "ইমাগী কৃষ্ণ" হায়না কৌবিহুনা ঐবু নচামক্কি খনবিগ্রবা নত্তরনে ! অদুগা হৌজিক্লা অমুক প্রভু হায়না কৌবিহুনা নচা নত্তবগুম তৌবিরিবা করিগীনো ইমা !

কৃষ্ণ নন্দ :— ইমা ! দাদাসে নহালমখৈ নোংমতা ঐখোয়দা লাকউ হায়বা য়াদবনি । ঙসিদি লাল্লিঙসিদা চাক চামিন্নরগে ?

বাসন্তী :— (প্রেম তৌনা) ইবুংগো ! ইমুংদা লেংশিল্লসি নচিন ননাও চাক চামিন্নররো !

কৃষ্ণ :— ইমা ! করিগীনো ইনাওগা ঐগা তোঙান তোঙান হাপ্পীরিববো ! পুম্নপ পুনশিনবিয়ু ইমা ! ঙসিদি ইনাওগা পুন্না চামিন্নজগে ! অদুগা ইমা ! ঙসিদি ইনাগী থুৎমক্লা ইনবিবা চাক অহু চাজরগা নচাগী অরাম খোৈরাংবা পুন্নমক কোকচবা ওইজরগে ইমা ! ইনবিরো নচাদা !

বাসন্তী :— (কপ্পা) ভগবন ! মতুতদি তাকপীগনু ! পাপ চেল্লবা ননাইগী ইখুৎ অসিনক্কা শ্রীমুখদা করন্না সেব তৌজগদগে ! ননাইগী দোস মপুং ফাদ্রি ফাহনবিগে খনবিরব্রানে প্রভু ! পংলবা তাইবংগী মপোক্কী খনবিতুনা লংজখিবা ইরানগী দোস পুন্নমক ঙাকপীয়ুনে হে দয়াময় ।

কৃষ্ণ :— লেংখৎপীয়ু ইমা ! করিগীনো নচাবু থেংখাং থেংখাং লৎনবিরিবা । মচা অমা ওইবনা মমাদা "ইমা চাক লাম্নে ইনবিয়ু" হায়ববু করিগী লৎনবিবগে ?

বাসন্তী :— ( কপ্পা ) ইমাগী কৃষ্ণ ! ইচানা হঙ্গোইগদ্রা খনবনিনে ইমানা ।

কৃষ্ণ :— হঙ্গোইবা ! মচানা মমাবু হঙ্গোইবা হৌনব্রনে ইমা !

বাসন্তী :— সেː সেː ইমা ইল্লগে ... ... (পোজ )

কৃষ্ণানন্দ :— ইমা ! দাদাদা ইনবিরবদি ঐঙোন্দসু ইনবিয়ু ।

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ ! ইনাওগীদি ইয়াম্বা ইনবিগে ! সেː সেː য়া কাথোকউ সেː ( পোজ ) আ ... ! কৃষ্ণানন্দ ! ইমানা ইনবসু ইয়াম্বনা চারে ! নঙসু খর ইল্লকউ। নঙনা ইনবদো চারগা ইয়াম্বা থেংলে চৎলগে ।

কৃষ্ণানন্দ :— দাদা ! সে ইল্লগে য়া কাথোকউ ।

কৃষ্ণ :— ( পোজ ) আ ... ওম্বোক্ল হাওথ্রেদা। কৃষ্ণানন্দ ! হৌজিক্তি চাকসু চারবনিনা ইয়াম্বা চৎলগে ইমাগা লৈহৌরোকো।

কৃষ্ণানন্দ :— হনথ্রনুদা দাদা ॥ ঙসিদি অসুম লৈথোকথ্রসে ।

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ ! নঙনা ইয়াম্ববু হেক নিংশিংলকপা মীৎকুপ অদুদা ঐনা নঙগী ননাক্তা সোইদনা লেপ্পগনি । ঙসিদি

ইয়াম্বা থেংলে চৎলগেকো। ঐনা লাক্তিরকাওবা মনশিং অদো ঐনা লাক্কদবা মাইগৈ য়েংহুনা লৈরম্লগনি! ইয়াম্বা চৎলগে ইবুংঙো।

বাসন্তী :— (কপ্পা কপ্পা) ইমাগী কৃষ্ণ! মচাগী মুংশিবা প্রেম থম্বীরম্লগা ইমাবু হুন্দোক্তুনা চৎলগে হায়ব্রনে ইবুংঙো?

কৃষ্ণ :— ইমা করিমতা ব্রাবিগনু! ইমানা ব্রারক্লবা মতমদা নচাবু নিংশিংবিরকউ! মতম অহুদা নচানা ইমাগী নাক্তা সোয়দনা লেপচরগনি ইমা!

বসন্তী :— কৃষ্ণানন্দ! নঙগী দাদা দীনবন্ধু চৎখিগদৌরে নয়াম্ববু থুকমজহৌররো ইবুংঙো।

কৃষ্ণানন্দ :— ( কপ্পা ) দাদা … !

কৃষ্ণ :— কৃষ্ণানন্দ! মতম পুম্নমক্তা মঙ্গোল ওইরো ইবুংঙো! ইয়াম্বা চৎলগেকো!

বাসন্তী :— ( থম্মোয় শোক্না ) চৎখরে! চৎখরে! হৌজিক্তা ইমা হায়বা খোলজেন্না শুমহৎপিরম্লগা চৎখরে! পিরম্নে মচা কায়না মৈচাক! হা কৃষ্ণ …! হা … কৃ … ষ্ণ …… ( ব্রান্থখি )।

( যন্ত্র )

# প্রভাস যজ্ঞ

## (অশম্বা ৱারী)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবৃন্দাবন থাদোক্তুনা দ্বারকাদা নিংথৌ ওইনা মতম কুইনা লৈরবদা ব্রাজবাশিংগী অৱাবা ঙমখৈ লৈখিদে। নন্দ যশোদা অমদি কৃষ্ণগী চান্নথোইবী ৱাধা লোয়ননা সখা কয়া কৃষ্ণ কায়না মৈচাক খাঙবদা অশিবগী পাঙথক ওইখি। ব্রজবাসিশিঙগী অৱাবা য়েংঙমদ্রবা ব্রহ্মনা মচানুপা নারদদা কৃষ্ণ অমদি ব্রজবাসিশিং উননবা শিল্লু হায়খি। নারদনা কৃষ্ণদা ব্রজদা চত্নুনা ব্রজবাসিশিংগী অৱাবা কোকহন্নবা হায়জরুবা পুম্বা অৱেম্বা তাখি। নারদনা লৌশিং তৌদুনা বসুদেবগী মফমদা চৎলগা প্রভাসতা দান-যজ্ঞ অমা কৎলু ইনশিনখি। মচা কৃষ্ণগী শক্তি নত্তুনা উপাই লৈতবনা মচাগা তান্নজখি মতুদা কৃষ্ণসু য়াখি। কৃষ্ণনা নারদদা ব্রজ নত্তুনা ত্রিভুবনগী প্রজা পুন্নমক বাত্তুন তৌনবা হায়জখি। কৃষ্ণগী রমনী রুক্মিনী প্রভাস যজ্ঞগী ৱাফম তাবদা মবুংঙো কৃষ্ণ মঙঙ্গগদ্রা চিংনবনা ঙমখৈ লৈতনা ৱাখি। মুমিৎ অসিদা প্রভাস কোম্নুং দ্বারীনা নন্দ যশোদা অনিবু বার্ত্তন ফঙদবা মী চঙবা য়াদে হায়না থিংখি। উপাই লৈত্রবা নন্দ যশোদা অনিনা কোম্নুংগী সনথোঙদা কপ্পুনা মচাবু কৌরকই মমাগী তেংথাবা তাদুনা কৃষ্ণ যজ্ঞ মফমদগী চেনথোরকখি। যশোদা! মচাবু মথান্নুংদা চেৎনা কোন হিক্লা হিক্লা কপচখি।

শ্রীসাইখোম চাওবা সিংহ

# প্রভাস যজ্ঞ

চঙগদবা মীশকশিং :—

মুপাগী শক্তম :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | কৃষ্ণ | ( দ্বারকাগী নিংথৌ ) | : |
| ২। | নারদ | ( ব্রাহ্মণগী মচা ) | : |
| ৩। | নন্দ | ( কৃষ্ণগী মপা ) | : |
| ৪। | বসুদেব | ( ,, ,, ) | : |
| ৫। | দ্বারী অমা: | | |

নুপী :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | যশোদা | ( কৃষ্ণগী মমা ) | : |
| ২। | রুক্মিনী | ( ,, নুপী ) | : |

# প্রভাস যজ্ঞ

## ( অহানবা মতাং )

মতম :— মুংখিল পুং ৩ লোম তাবা।

মফম :— দ্বারকাগী কোন্নুং ।

ফিভম :— কৃষ্ণ সিংহাসন্দা ফমত্তুনা লৈ ।

দেবর্ষি নারদ চঙলকই ।

( বীনা যন্ত্রগী খোলজেল তাই )

নারদ :— ( নোল্লুক্না ) নারায়ন ! নারায়ন !

কৃষ্ণ :— দেবর্ষি ! প্রনাম লেঙশিনবিশী আসন্দা !

নারদ :— প্রনাম ! দ্বারকানাথ প্রনাম !

কৃষ্ণ :— মঙ্গল ওইরো দেবর্ষি ! মঙ্গল ! মুনিশিংগী অথোইবা দেবর্ষি নারদনা লেঙথোক্তনা লেঙবিরকপা করিনা সেবা ওইগনি।

নারদ : — প্রভু ! চানবীরিবা অতুমক্তনা ননাই নারদ পেনজরে !

কৃষ্ণ :— দেবর্ষি ! নহাক্কী ইপা ইবুংঙো ব্রহ্ম য়াইফরিকো ?

নারদ :— নহাক্কী থৌজান্না য়াইফরি। ইপা ইবুংঙো ব্রহ্মনা শ্রীচরন্দা খুকুমজরকই ! লোয়ননা অরা মুংঙাইগী পাও কয়া তম্নবা থাবীরকপনি হরি নাক্তা ননাই নারদবু !

কৃষ্ণ :— করম্বা অরা মুংঙাইগী পাওনো তম্মু তাশি দেবর্ষি ।

নারদ :— ঙাকপীগনি প্রভু ! ননাইশিংগী মাঙদা তমজনিংদে পাওসে শঙ্গাইনুংদা মীকুপ অমত্তং লেঙশিনবিবনা ফগদ্রা ?

কৃষ্ণ :— ( পুক্লিংদা চিংননা ) অতুদি দেবর্ষি ! লেঙশিল্লশি !

নারদ :— তাবিশি হে কৃষ্ণ ! ইপা ইবুংঙো ব্রহ্মানা ঐঙোন্দা শিন্ন-বিরকপা থৌদাসে শ্রীচরন্দা চিংথদনা তমজগে ! ব্রজবাসিশিংগী থরায় ওইবা হে প্রভু ! নহাক্কা ব্রজ থাদোক্তুনা দ্বারকাদা হেক লেঙবিখিবা মীংকুপ অতুদগী ওইহৌবা ব্রজবাসিশিংগী অরাবা মতৌ ননাই নারদনা শ্রীচরন্দা করি হায়না হঙ্গংলসিগে ! কৃষ্ণ কাইনা মৈচাক্কা ব্রজবাসিশিং ঙন্না প্রান মাঙখিবা থোক্ক-বদি বিধি মাগী খুংশেম কায়খিবা তারে খন্দুনা ননাই নারদবু শ্রীচরন নাক্তা থাবিরকপনি ।

কৃষ্ণ :— ( পুক্লিং লাংতক্লনা ) তম্মু হে ঋষিবর ! ব্রজবাশিশিংনা করন্না রাহৌবগে ?

নারদ :— তাবিয়ু প্রভু ! নারদনা উজরকপা পুন্নমক তমজগে নফমদা ! অহানবদা বৃন্দাবন তম্না চংচরুই । প্রভু ! কৃষ্ণ লৈত্রবা বৃন্দাবন ! হৌজিক্তি ঙক্রবা তিংখংগী বন ওইহৌরে । চোঙা তেনরানচিংবা উচেক রায়া কয়ানা উফৈথক্তা তোংলগা কপহৌরি । মফম অতুদা কোকিলগী কুহু খোলজেল তাখিদরে ! হৈনৌ মপাল শাংখিদ্রে ! ইখৌ লাংবী নোংগৌবী ইবুংঙো নঙগী বাঁশি খোলজেল তাদ্রিফাও নোংমদোল লাইজ নিবারোই রাশকহৌই । ভগবন ! নহাক্কী থরায়মক্তি খন্না থমজবা গিরিরাজ গোবর্দ্ধন ব্রজনা শোক্লবগী পাংথক ওইহৌরে ।

কৃষ্ণ :— ( থম্মোয় শোক্লা ) মথা তম্মু দেবর্ষি !

নারদ :— প্রভু ! যনবীনা মচাদা অমৃত পীথক্কনি হায়বা কাওখ্রে ! কুমগী নোংহৌ লাকপদা রাহৌও জগোয় শাখিদ্রে বনগী হৈপাল লৈপাল পুন্নমক মহৈ মপাল অমত্তা শাখিদ্রে ! ফুগাইনা শাংচবা লৈরাং থম্বাল ঙন্না মরু লুকথনা চিন্তা শোংনুম পুহৌরি ! লৈরাং লৈকা খুদিং তত্তনা পীরাং শিন্থহৌরি ! লৈহিতবু পামজবা খোইমু লৈরাং নাক্তা পাইরকখিদ্রে ! প্রভু ! ব্রজবাসি-শিংগী অরাবদি ননাইনা থাবতনা রাংহৌরগদবা অরাবান ।

কৃষ্ণ :— ( স্বর ফুইনা ) দেবর্ষি ! বনগী শা-উচেক, হৈপাল লৈপাল কয়াগী অরাবা খঙজরে ! হায়য় দেবর্ষি ! ইপা ইবুংঙো নন্দ ! ইমা যশোদা ! অমদি কৃষ্ণ ঐগী চাম্নশোইরবী রাধা ! অমদি শখিশিং করম হায়না লেনহৌবগে ?

নারদ :— ( স্বর চাওনা ) কৃষ্ণ ! নহাক্কী হকচাং তংখাই ওইরবী রাধা ! নহাক্কগী রাখলদা অঙাওবীগুম অমেৎপা যিজেৎতনা লৈতেং ওইহৌরি ! নিংথিরবা মাইথোঙ থম্বাল চঙ্গাগী মৈথুনা কুপহৌরে ! কৃষ্ণ নঙগী রাখলদা শঙ্গাইগী মচি খুদিং তুমিন তুমিন কপহৌই ! বৃন্দানচিংবা সখিশিংনা চেকশিন্না শেন্নহৌরি । রাধাগী অরাবা মতৌ উরগা সখীশিংনা লোন্না লোন্ন পীরাং শিন্নহৌই । ( থম্মোই শোক্না ) হে প্রভু ! নঙুংলাংগীদমক্তা ব্রজদা রাথোক ওইহৌরবী ! কলঙ্কিনী মীংথোনম্বু ফংহৌরবী রাধাবু করিগী মতম অক্তক কুইনা থাদোকপীবগে ? হে ভগবন ! মসিবু নঙগী করম্বা লীলানো ? নঙগী মপাল নাইদ্রবা লীলাবু কনানা খঙবা ঙমগনি ! হে প্রভু ! হে দিনদয়ানয় ! ইবুংঙো নঙগী শ্রীচরন্দা তোন্নবা ননাই নারদনা কোটি প্রনাম তৌজরি ! লেঙবিরো হৌজিকমক ! ব্রজবৃন্দবন্দা ! ইবুংঙো নঙগী কায়না মৈচাক খাংঙমদবনা ঙন্না থরায় থাখিগদৌরবা ব্রজবাসিশিংগী থরায় কনবিয়ু !

কৃষ্ণ :— ( স্বর ফুইনা ) দেবর্ষি ! মখা তম্মু ! ইপা ইবুংঙো নন্দা ! ইমা ইবেম্মা ! যশোদা ! করন্না লেনহৌবগে ?

নারদ :— ভগবন ! ননাই নারদনা উজরকপা, নন্দা যশোদা অনিনা নিংথৌ মহারানীগী রাথল থাদোক ! ল্যম্বিগী চাকনিবগুম মফি মরোন ইমোং-মোং মচা কায়না মৈচাক্না-ময়াং ইকং কংনা

লেনহৌবা অমদি মখোয় অনিনা নারদ ঐগী ইফমদা লিরকপা বারিদো মরিক চুম্না লিজগে তাবিয়ু। ঐনা নন্দরাজগী কোন্নুং হেক য়োবদা :—

( ফ্লাস-বেক )

( বীনা যন্ত্রগী খোলজেল )

নারদ :— জয় নন্দ মহারাজ ! জয় যশোদা রানী !

নন্দ :— দেবর্ষি ! খুরুমজরি !

নারদ :— মঙ্গল ওইরো মহারাজ ! মঙ্গল ওইরো !

নন্দ :— আসনলোমদা লেংশিনবিশি মুনিদেব !

নারদ :— নন্দ মহারাজ ! করম পানবিরি য়াইফরিদনা ?

নন্দ :— ( থম্মোয় শোক্না ) হে মুনিশিংগী অখোইবা নন্দ নিংথৌদি মঙ্গলগী আশা পুম্নমক লোয়না থাদোকখ্রে ! নিংথৌ ওইরবস্নু লনগী মপু ওইদ্রবা নিংথৌনি ! ঐগী লন ওইবা কৃষ্ণ ! ব্রজ থাদোক্তুনা চৎখ্রে !

নারদ :— মহারাজ ! বাবিগন্নু ! নঙগী নরন ওইজবা নচা কৃষ্ণ ! ব্রজদা শোয়দনা লাকখিনি।

নন্দ :— ( থম্মোয় শোক্না ) লাক্লবোই দেবর্ষি ! ঐগী ইচা কৃষ্ণ ! ব্রজদা অমুক লাক্লরোই ! দ্বারকাগী ময়ানা চেৎনা পুনখিবনা মপা ঐবুদি কাওথ্রবনি ! ইপাগী ইবুংঙো হা কৃষ্ণ ! হা গোপাল ! ইপাগী দেহগা প্রানগা কায়নরমদাই ! ইচাগী মুংশিরবা চেংলৌ শক্তমদো অমুক্তদি উনিংথ্রেদকো ইপানা ! লাকওগবা ইপাগী কৃষ্ণ ! ইপাগী মাঙদা লেপ্লরো বাবা হায়না কৌররো ! ইচানা শাবা জগোয় ! উখিদবা কুইরে ইপানা ! শাররো ইপাগী মাঙদা ইপা য়েংলগে ! হা কৃষ্ণ ! হা গোপাল !

নারদ :— ( পুক্নিং মুংশিনা ) নন্দ মহারাজ ! ঙাইবিখো ! পুক্নিং ফাথবিখো !

নন্দ :— ( কপ্পা কপ্পা ) হে মুনিরাজ ! নঙদি স্বর্গগী লাইয়াম খিবিরু-ফাও ইকাই খুম্নরিবা মুনিশিংগী অথোইবা নহাক্নি ! ত্রিভুবন অসিদা নঙনা তৌগে নিঙবদা ঙম্মোইদবা করিবু লৈবগে ? হে ঋষিবর ! নখোঙ শোক্লা হায়জরি ! চানবিদুনা নন্দগী থরাই ওইবা কৃষ্ণ ! অমুক্তা ফংহনবিয়ু !

নারদ :— মহারাজ ! নঙগী নরন ওইজবা কৃষ্ণ ! ঐনা শোয়দনা পীরনি ! মতুংগীদমক অমুক রাবিরুরগনু ।

নন্দ :— ( স্বর ফুইনা ) বেদগী রা ! মুনিগী রা শোয়দে হায়রিন গুরুজনশিংনা ! হায়দোকখিবা রা শোয়হনবিগনু মুনিদেব ! দেবর্ষা নন্দ ঐবুদি থোজানবিদুনা হিঙবগী আশা থজিক পীবিরে ! অদুবু য়েংবিয়ু মহামুনি ! মচা কায়না মৈচাক্লা অশিবগী পাঙথক ওই ! যশোদা রানীসে জ্ঞান য়াওদনা রাম্বরি লৈমায়দা ! মুনিদেবনা চানবিদুনা মঙোন্দা রাফম অসিমক হায়বিদুনা থেমজিনবিয়ু মহাকপুরু !

নারদ :— রাগনু নন্দরাজ ! যশোদা মনাক্তা চংকে ! রাফম অসিমক তমগনি মঙোন্দসু !

( ঙাইহাক যন্ত্র )

নারদ :— যশোদা রানী ! হে কৃষ্ণ পোকপী ! হৌগৎলো নারদ ঐ লাক্লে ! করিগী অদুম্না লৈমায়থক্লা ওনবিবগে ? তৌয়ু নারদ ঐঙোন্দা মুংঙাইতবা পুন্নমক ! হি : করি মতৌনো ! নারদ ঐনা হুম্না হুম্না কৌবা তাখিদ্রেনা সিদে ! সতী ওইবী যশোদা অশিবগী পাংথক ওইব্রে ! করি উপাই তৌগনি সিদি ! কৃষ্ণ-মক্লা লেঙক্তনা ইমা হায়না কৌরম্রবদি যশোদাগী জ্ঞান

লাক্লরোই। হৌজিক করি উপাই তৌবা তারে! ফরে! শ্রীহরিগী দয়া য়েংলগে! হে দ্বারকানাথ! ননাই নারদগী বীনা যন্ত্রগী স্বরদা ইবুংঙো নঙগী মুংশিরবা 'ইমা' হায়বা শব্দদো থোকহনবিয়ু প্রভু! ( বীনাগী স্বরদা 'ইমা' হায়বা খোলজেল )

যশোদা :— ( ইঙক গুক্লা রানা মথন্ত) কনানো হৌজিক্কা 'ইমা' হায়না কৌরম্বা? শোয়রোই মান্নি! ঐগী ইচা নিলমনিনি! অদুবু কদায় ঐগী ইচাদে! হৌজিক্কীদুবু! মান্নিদা ইচাগী খোলজেলনি! মমা ঐবু লক্কদবগী লোৎপা শোয়দনা ওইগনি! কাদা ঙাওপ্রবা ইচানো! অসুকনু রারবা মমা ঐবু অমুকনু লক্রিনেসে! (কপ্পা) ইমাগী কৃষ্ণ! ইমাবু অমুক লক্করগনু! ইচাগী মাইথোঙ উনিংবনা ঙাওচৎনরবা নমা ঐনি! ইমাগী নিলমনি! লাকও! ইমাগী মাঙদা লেপ্লরো! ইমানা ননী ইল্লগে! ইমাগী গোপাল! হা কৃষ্ণ!

নারদ :— ( মথন্তা ) ওম্ভোকপা মতৌনি! কৃষ্ণ পোকপী মহাক্কী অরাবা মতৌ য়েংঙমদবনা নারদ ঐগী বীনাগী স্বরদা কৃষ্ণ খোলজেল তমদুনা ইমা হায়না কৌরুবা হেন্নদুম দোস লংশিনগে হে কৃষ্ণ পোকপী ইমা! নারদ ঐবু দোস তৌবিগনু! মফম অসিদা নঙগী নচা কৃষ্ণ লাকখিদে!

যশোদা :— ( কপ্পা কপ্পা ) মহামুনি! ইচাগী মৈনা ঙাওখিবনা মহামুনি লেঙকই হায়বা উজরুদ্রে! যশোদাগী অপরাধ লৌবিগনু মহামুনি! হায়বিয়ু মহামুনি! অচুম্বরা ঐগী ইচা নিলমনি! মফম অসিদা লাকখিদে হায়বা?

নারদ :— অচুম্বনি কৃষ্ণ পোকপী! মফম অসিদা নচা কৃষ্ণ লাকখিদে

যশোদা :— ইচা লাক্কে হায়বা! অদুদি হৌজিক্কী ইমা হায়না কৌরম্বা খোজেল অদুদি ঐনা শোরি পারি ভারব্রা?

নারদ :— ঙাকপীগনি কৃষ্ণ পোকপী ইমা ! নহাক্পা অশিবগী মতৌংগুম বাম্বরম্ব ! অদুদা জ্ঞান খজিক লাকুবা হায়দুনা ঐনা বীনাগী খরদা নচা কৃষ্ণগী খোলজেল তমদুনা ইমা হায়না কৌখিবনি ॥

যশোদা :— হে মুনিরাজ ! যশোদা ঐনা বারগা বাবিবা অশেঙবা-মক্তা ওইরবদি থৌজালবিদুনা ঐগী অৱাবসে অমুক্তা কোক-হনবিয়ু ! নঙদি ব্রজগী মচানি ! ত্রিভুবন অসিদা নঙনা তৌগে নিঙবদা ঙম্মোইদবা করিবু লৈবগে ? ঙসি যশোদান্না নখোঙ শোক্না হায়জরি । ঐগী ইচা কৃষ্ণবু অমুক্তা উইনবিয়ু ।

নারদ :— যশোদা রানী ! মত্তুগীদমক ৱাবিকুরম্নু ! নারদ ঐনা নঙগী নচা কৃষ্ণ শোয়দনা পীরনি !

যশোদা :— ( পুক্লিং মুংশিনা ) মহামুনি । ঐগী ইচাদো দ্বারকাগী *ময়ানা চেৎনা পুনশ্রমাল্লে ! লাক্লরোই ! থাজদ্রে ব্রজবৃন্দাবন-*সিদা ! অদুবু হে মুনিরাজ ! *লাক্লরোই খঙলবা* ইচাদো মীৎকুপ অমত্তা কাওথোকপদি ঙমদে ! ইচাদো অচম্বা ইচা নত্তে । ইচাগী অঙকখা মতৌ কয়া লিজগে তাবিয়ু মহামুনি ।

নারদ :— কৃষ্ণ পোকপী ! তাবদা পাপ পুন্ন্যা কোকতম্বা নচা কৃষ্ণগী ৱারি লিখিয়ু তাজগে নারদ ঐঙোন্দ !

যশোদা :— পোকপা মুমিং তরানিতা ঙাইরিবৈ হু চেনবা অমৎত পীথক্তুনা ইচাবু হাৎকে থৌরাংলম্বা কংসকী মনাই পুতনা হাৎখি-বনী ইচানা ! পানখৎলকপা থাজনা নোংমা নোংমা হেনবগুম, নোংমা নোংমাগী চাওখৎলকই ! ইচানা নোকপা খর খর হৈরকপা মতম ! মচেৎ মচেং ওইনা 'ইমা' হায়না কৌবা হৈরকপা ! মতম অদুদা ফাওখিবা মুংঙাইদো করিদা প্রমান তৌসিগে মহামুনি ! লেপ্পা কোইনা চেনবা হৈরকপা মতম অদুদা মমা ঐগী তম্পাক্তা ওন্না থোইনা শান্নে ! ঐগী তম্পাক্তগী মীৎকুপ

অমক্তা চৎথোক্কে ইচাদো ! মমা ঐগী ইনাক্তগী মীৎকুপ অমক্তা লাপথোকউ য়াদ্রবা ইচাদো ঙসিদি মমা ঐবু থাদোক্ক্‌না চৎখ্রে !

নারদ :— কৃষ্ণ পোকপী ! মহুগীদমক চিন্তা তৌবিরন্থ ! নঙগী নচা কৃষ্ণ ! ঐনা ব্রজদা শোয়দনা পুরক্কনি ! অঙাং ওইরিঙৈ নচানা করি করি তৌরম্বগে লিবিয়ু।

যশোদা :— ইচানা অঙাং ওইরিঙৈ ঙ্‌নার্বক্ত হিংচাবনা নোংলৈ মুংশিং ওন্দুদা ইচাবু ৱাংনা নোংমদোন অতিয়া তন্না পুখৎলগা হাৎকে থৌরাংখি ! ফত্তবা হিংচাবদো হাৎখিবনি ইচানা ! মসিতা নত্তে মহামুনি ! অঘ, বকাসুর, বক্লচিংবা কয়াসু হাৎখিবনি ইচানা ! গোবর্দ্ধন চীংবু মুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা থাঙ্গৎতুনা শাওরবা ইন্দ্ররাজগী মথুত্তগী কনবিখি ব্রজবাসিশিংবু ! মশিঙ লকঙমদ্রবা খুদোংথিবা কয়াগী হাক্তক্তা ইচাগীদমক ৱাখিবা করিদা প্রমান তৌসিগে মহামুনি ! অনিংবতা তৌবা ইচানি ! লৈকাই য়মথোঙ খুদিংগী ননী মখোল হুহুনা চাথোকই ! মুমিৎ খুদিং লৈকাই মীনা ৱাকংলি ঐগোন্দা :— "নচানা ননী মখোল হুহুনা চাথোকখ্রে ! মখোল চফু থুগাইরম্মে ! চাবা ঙমদবমথৈ চৈথাইরম্মে ! যোং-হৌদোঙ কৌহনা পীজখোক্রম্মে ! নঙগী নচা লমহেনবসে মতম চারিঙৈ ৱারকঙ ! নত্রবদি লৈকাই ৱাথোক ওইরনি"। অসুন্না লৈকাই মীৱা তারগা "ইমাগী গোপাল নঙবু মীগী ননী মখোল হুগন্থ ! কদৌবগে ইমানা হায়বা ইল্লুগবা গোপাল !" অসুন্না হায়রুবসু ইমাঙদদি অমুক তৌজররোই হায়রম্মী ! অতুবু ইতুংদা মীগী মপোৎ হেক্তা মাঙহল্লি ! নোংমদি ৱাররুগে কনাগী য়ুমগী অমাঙবা তৌহন্নরোই খন্দুনা মথুৎ অনিমক খৌরিনা চেৎনা পুন্দুন্না থম্মী ! মুমিৎ অতুদা ইচানা "মতুং

অমুক তৌজররোই ইমা ! ঐবু থাদোকপিয়্" হায়না কয়া য়ান্না কপখিবা ! নিংশিংলুরগা মহামুনি ! যশোদাগী খম্মোয়সে মচেং মচেং কায়খ্রবনি ! ( কপ্পা কপ্পা ) ইমাগী নিলমনি ! ঙসি নঙনা ইমাবু থাদোকলম্লিবসে৹ ঘুমিং অত্তুদা ইমানা নখুৎ পুন্দুনা ৱারকখিবগী লমন শিংলিবরনে প্রান ··· পুত্রা !

নারদ :- কৃষ্ণ পোকপী ! জগত্তা মমানা মচাবু ফুনা-চৈনা ৱারক্কবা কনা লৈবগে ? মতুগীদমক নিংঙমদবা তৌবিগনু ! ব্রজবাসিশিংগী অৱাবা লোইনা খঙজরে নারদ ঐ ! হৌজিমক দ্বারকাদা চংলগা নঙগী নরন ওইজবা কৃষ্ণ শোয়দনা পুরক্কনি ব্রজদা !

( ফ্রাস বেক লোইবা )

নারদ :- ( স্বর ফুইনা ) মসিনি প্রভু ! ব্রজবাসিশিংগী থৱায় ওইজবা কৃষ্ণ নঙবু শোয়দনা পীগনি ৱাশক্কয়ে ননাই নারদনা ব্রজবাসিশিংগী মফমদা ! হৌজিবমক ব্রজদা লেংবিতুনা ননাই নারদগী ৱাশক কাইহনবিগনু দয়াময় !

কৃষ্ণ :- ( অৱাবা স্বরদা ) দেবর্ষি ! চুম্মী ! ব্রজপুরগী যশোদা ! ঐবু পোকপী ইমানি ! ননী থরগীদমক ইখুৎ অনি পুন্দুনা ঘুমিং চুপ্পা থমখিবনি ইমানা ! হন্না হন্না লাল্লে হায়জরফাও য়াবিখিদে ইমানা ! ইপা ইবুংঙো নন্দগীস্থ থৌদারোইনি ঐহাক ! মহাক্কী খুরুম পুবতদা ঐগী কোথক্কী চূড়া ফাওবা খোইখিবনি দেবর্ষি ! ঐগী মরুপ মপাং শ্রীদাম সুবননচিংবস্থ মপানথোঙদা ভাই ভাই হায়শিন্না ঐবুনা ফত্তবা শল-মথৈ শেলহল্লি। মীৱা তাগদবা লৈবদা ঐবু ইনশিল্লগা মখোয়না লোতুনা লৈথোকই। চান্নবীনি রাধাদো কৃষ্ণ ঐগী ! চন্দ্রাবলি কুঞ্জদা লৈথোকলুই হায়বগীদমক ঐবু ইকাইবা পীতুনা মনাক্তগী হন্না হন্না তানথোকই। দেবর্ষি !

রাধাগী প্রেমগী মথা পোনবা কৃষ্ণ ঐসে হায়জখিবনি মাগী চরন শোক্রা ভাকপিনবা ! অত্তুবঽ মীৎকুপ অমক্ত ফাওবা মাগী মফমদা চংজফম পীখিদে ! উপায় লৈত্রত্তুনা যোগী বেশ শেংলগা রাধাগী মফমদা 'মান-ভিক্ষা' নিখিবনি দেবর্ষি ! পুন্নমক্তো নিশিংলুরগা কৃষ্ণ ঐগী থম্মোয় কায়দবা নত্তে দেবর্ষি ! খল্লুবা মীৎকুপ খুদিংদা শিম্থরি তত্তনা মীৎকি পী হৌজিকস্থ ! অত্তুবঽ দেবর্ষি ! হৌজিক ঐনা করম্না দ্বারকা থাদোক্তঽনা চৎকনি ? নহাকস্থ খল্লু ! ঐনা দ্বারকা থাদোক্তঽনা চৎলবদি লৈবাক প্রজা করম পালহৌগনি ? নহাক্কী রাশক ভাক্তবগীদমক কোম্না খব তপ্না চচ্চগে ! রারৌবিগন্থ দেবর্ষি !

নাবদ :—( মথন্তা স্বর ফুইনা ) কবঽনো ঐগী ইবঽংভো শ্রীহবিসে দ্বারকাগী ময়ানা চেৎনা পুনখ্রেনা ! দ্বারকা থাদোক্তঽনা ব্রজদা চৎলু হায়বা য়ারোইদৌরি ! করি উপাই ভৌগনি সিদি ! ফরে উপাই অমা লৈবে ! হৌজিকমক বসুদেবগী মনাক্তা চৎলগা প্রভাসতা দান-যজ্ঞ অমা কৎনবা ইনশিল্লুরগে ! মফম অদুদা কৃষ্ণ অমদি ব্রজবাসিশিং উননবা শিল্লুবগে।

( ভাইহাক যন্ত্র )

# প্রভাস যজ্ঞ

## ( অনিশুবা মতাঙ )

মতম :— স্থমিদাংব্রাই।

মফম :— বস্থদেবগী শঙ্গাই।

ফিভম :— দেবর্ষি নারদ চংলকই।

বস্থদেব :— ( হরাওনা ) দেবষি ! প্রনাম ! লেংশিনবিশি আসন্দা !

নারদ :— মঙ্গল ওইরো বস্থদেব ! মঙ্গল !

বস্থদেব :— করি থোরম লৈবনা মুনিশিংগী অথোইবা দেবষি নারদনা বস্থদেবগী ইফমদা লেংবিরকপা তাকপীয়ু মুনিদেব !

নারদ :— বস্থদেব ! ঐনা ঙসি লাকপগী মরম নহাক্কী অফবা মঙ্গলগীদমক্তি !

বস্থদেব :— অফবা মঙ্গল !

নারদ :— মান্নি ! ঙ.ফবা মঙ্গল অমগীদমক্তি ! তাও বস্থদেব ! নহাক্না মথুরাদা মীগী মীথা পোন্না হিঙলিঙৈ ! নশাগী নরন লৈত্রিঙৈ নপুক্লিংদা খনখি পূন্য কর্ম্ম কয়া তোগে হায়না ! অহুবু হৌজিক নহাক্কো লন মতিক চানা লৈরে। মতম অসিদদি পুন্নমক্তো লোইনা কাওত্রে ! মসে তাইবঙগী হৌনশানি।

বস্থদেব :— ( স্থংশা থিনা ) মহামুনি !

নারদ :— বস্থদেব ! নহাক হৌজিক নরন মতিক চানা লৈরে ! নহাক্নস্থ মতম কুইনা নিংজরব্রবা পুন্ন কর্ম্মগী মশক ওইবা যজ্ঞ অমা কংলু।

বসুদেব :— করম্বা যজ্ঞনো দেবর্ষি !

নারদ :— দান-যজ্ঞ অমা কৎলু ! মসিনা খ্বাইদগী পুন্যকর্ম্ম ওইবা যজ্ঞনি।

বসুদেব : — 'দান-যজ্ঞ' ?

নারদ :— মাম্নি ! দান-যজ্ঞ কৎপতনা যজ্ঞ পুম্নমক্কী অখোইবনি ! অত্থুবু মতিক চাবা মরন লৈতবা কনানা হায়রিবা যজ্ঞ অসে পাক কৎপা ওম্নদে মসিগী মরম হায়গে তাবিয়ু। যজ্ঞ অসি কৎপা তারবদি ত্রিভুবনগী লৈরিবা প্রজা নিংথৌদগীনা চন্দান ফাওবা ওম্না বার্ত্তন তৌগনি। লাক্লিবা মীপুম খুদিংদা নিংথিনা পীজ-পীথক তৌগনি লোয়ননা সনা-লুপানচিংবা লন-থুম কয়া য়েনথোক্কনি !

বসুদেব :— দেবর্ষি ! পামদি পামব্রেদকো ! অত্থুবু ! অত্থুক য়াম্বা লন-থুমদি কদায়দগী লৌরুগনি !

নারদ :— চিংনগন্থু ! বসুদেব ! জগৎ অসিদবু নঙমুক লাইবক ফবা ! নঙমুক নরন লৈবা কনাবু লৈরিবগে ? রাম-কৃষ্ণ অনিনা ননাক্কা নরন ওইনা লৈরিভৈ ! নঙগী করি ৱাৎকনি ? পুক্লিংদা তৌগে হায়নতা লেপ্পীয়ু ! পুন্নমক নারদ ঐনা শিনজগে !

বসুদেব : — অত্থুবু দেবর্ষি ! ঐদি লনগী মপু নত্তে ! লন শেম্নবনি ! লনগী মপুদি ইচা কৃষ্ণনি। মহাক্কা অমুক্তং তানবনা চুমগদ্রা ? হায়রিভৈসিদা ইচা লাকএ ! লাও চঙলকউ ইপাগী কৃষ্ণ ! ইচা লাকপা য়াম্না ফরে। ( কৃষ্ণ চংলকই )

কৃষ্ণ :— খুরুমজরি ইপা ইবুংঙো ! দেবর্ষি প্রনাম !

নারদ :— প্রনাম দ্বারকানাথ !

বসুদেব :— ইচা লাকপা য়াম্না ফরে।

কৃষ্ণ :— ইপা ইবুংঙোগা দেবর্ষিগা করি তাম্নবিরম্বনো ?

বসুদেব :— ইপাগী কৃষ্ণ ! ইপাগী পুক্লিংদা দান-যজ্ঞ অমত্তুং কৎকে হায়না খল্লকপা মতম কুইরে ! মসিদা লনগী মপান নাইদনা চঙগদবনা ইপাগী পাঙ্গল লৈত্রে ! লন লৈতবা হায়বসিমক্তবু ঈচেল তৎলবা তুরেলগুম তৌগে নিঙবা থবক্তা মতৎ মতৎ হেক্তা তৎলকই।

কৃষ্ণ :— ইপা ইবুংঙো ! লনগীদমক্তদি ৱাবিরুগনু। মসিদা লুরিবদি যজ্ঞ অসি তৌবা তাবদা ত্রিভুবনগী মীপুম খুদিংমক লোয়না বার্তন তৌগনি। মফম অসিদদি চনগনি হায়বা থাজদে !

নারদ :— ভগবন ! পুক্লিংদবু নিংলবদি ননাই নারদ শোয়দনবা শিনজগে।

কৃষ্ণ :— দেবর্ষী ! তাকপীয়ু ! ইপা ইবুংঙোগী নিংবসে করম তৌরগা থুংহনগদগে ?

নারদ :— চূন্মী ! যজ্ঞ অদু পাংথোকপা তান্নবদি মফম অসিদদি চল্লরোই। মফম অমা হায়জগে।

কৃষ্ণ :— মফম কদায়দা করন্না তৌগদগে দেবর্ষী ?

নারদ :— মতম অমদা কুরুক্ষেত্র কৌরম্বা হৌজিক্তা প্রভাস তীর্থ হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা লম মরাং কায়না লৈরি। বিশ্বকর্ম্ম কৌতুনা মফম অসিদা অনৌবা কোন্নুং অমা শাহনবীয়ু। যজ্ঞগী বার্তন ফংবমথৈনা মহুংদা লৈগনি ! বার্তন ফংদবমথৈনা কোন্নুংগী মপান্দা লৈগনি ! অদুবু দানগী অচা অথক কয়াদি অচৌ-পীশক থায়দনা চপ মান্নলা ফংহনগদবনি।

বসুদেব ঃ— অদুগা দেবষি ! যজ্ঞ অসি পাংথোকপা তারবদি করি করম্বা নুমিত্তা ফগদগে ?

নারদ পাংথোকপীগে হায়রবদি হন্দক লাক্কদৌরিবা সুর্য্গ্রহন লৈবা নুমিৎ অসিদা পাংথোক্কদবনি !

বসুদেব :— করি ব্রানো দেবযি ! গ্রহন লৈবা নুমিত্তদি সাধু বৈষ্ণবশিংনা ব্রত্ত কৎনরিবনি। করম্না যজ্ঞ তৌগনি ?

নারদ :— চিংনগনু বসুদেব ! গ্রহন লৈরিঙৈদা দান অদু কৎকনি অদুগা গ্রহন শেঙলগা ব্রহ্মন-বৈষ্ণবনচিংবদা পীজ-পিথক তৌগদবনি।

কৃষ্ণ :— ফরে অদুদি দেবর্ষি ! হৌজিকমক বিশ্ব কর্ম্ম কৌরগা প্রভাসতা কোম্নং অমা শাহন্নবা তৌরগে ! হায়রিবা নুমিৎ অদুমক্তা যজ্ঞ অসি পাঙথোকপা তারবদি ত্রিভুবন-শিন-থুংনা বার্তন চৎপা ঙম্বদি নারদ নহাক নত্তনা অতৈ কনানা ঙম্নরোই মসিমতং দেবষিনা পাংথোকপিরো ! অদুগা ব্রাফম অমত্তং শিন্নজগে সোমদা লেংথোকপিরকউ।

নারদ :— করম্বা ব্রাফমনো প্রভু !

কৃষ্ণ :— ( ল্লোল্লপ্পা ) য়েংও দেবযি ! নহাক্না ত্রিভুবন শিন-থুংনা বার্তন চৎপদা ব্রজবৃন্দাবনদি য়ৌবা য়াদেকো। ব্রজবৃন্দাবন্দা বার্তন য়ৌরদি হন্দকী প্রভাস যজ্ঞ অরেম্বা তাগনি মসিমতং কাওবিগনু মহামুনি ! নহাক্না ব্রহ্মলোকী বার্তন তৌবসু ব্যবহার থোক্লরোই। ব্রহ্মলোক অমদি কৈলাসকী বার্ত্তন্দী ইচানুপা শাম্বা অমদি অনিরুদ্ধ অনিবু থারগে ! অদুদি লেংবিরো দেবর্ষি ! কৃষ্ণ ঐসু য়ৌরগে। ( চৎখি )

নারদ :— (মথন্তা) "ব্রজবৃন্দাবন্দা বার্ত্তন তৌরবদি হন্দকী প্রভাস যজ্ঞ অরেম্বা তাগনি প্রভুগী করম্বা আশানো ? বৃন্দাবন্দা বার্ত্তন তৌদ্রবদি ইপা ইবুংঙো বিধিনা শিন্নবিরকপা থৌদাদি পাংবা ঙম্মরোই ! নারদ ঐগী ব্রাশকস্থ কায়রনি। করি উপাই তৌগনি ! উপাই অমা লৈরে হৌজিকমক বৃজবৃন্দাবন ঙাক্লিবা ইমা কালীগী মখোঙ শোক্লা ব্রজবাসি পুম্নামক "প্রভাস যজ্ঞ" দা লাক্কবা পাও চেনবিয়ু হায়জরুরগে। ( চংখি )

( ঙাইহাক যন্ত্র )

# প্রভাস যজ্ঞ

## ( অহুমশুবা মতাঙ )

মতম :— অয়ুক।

মফম :— কৃষ্ণগী শঙ্গাই।

ফিভম :— কৃষ্ণ অমদি মাগী রমনী রুক্মিনীগা ৱারি শান্নবা।

রুক্মিনী :— ( চিংননা ) প্রভু ! হন্দক্কী পাংথোকপিগদৌরিবা প্রভাস যজ্ঞ অসে প্রভুগী করি আশানো ? তাকপীয়ু দয়াময় ! ননাই রুক্মিনী য়ান্না চিংনজৈ ! দ্বারকা থাদোক্লগা করিগী প্রভাসতা যজ্ঞ পাংথোকপিগদৌরিবা ? প্রভু ! পুন্নমক খঙজরে ! হন্দক্কী যজ্ঞসে তশেংনা মীনম্বা যজ্ঞনি। ইকু ইবুংঙো বসুদেবদা মীংথোল ওইবা মীনম্বা যজ্ঞসে করিগীদমক লিংখৎপিবগে প্রভু ?

কৃষ্ণ — রুক্মিনী ! পাবুংগী য়াইফ মঙ্গলগীদমক পাংথোক্কদৌরিবা যজ্ঞ অসিদা বরিনো নহাক্না চিংনরিবা ? নও ঐদি চৃন্না শিল-লংবা য়াওবা থক্তনি ! যজ্ঞ কৎলিবদি পাবুংনি। মসিদা করিবু চিংননিংঙাই লৈবগে ?

রুক্মিনী :— ( পুক্লিং নুংশিনা ) প্রভূ ! অহুম ওইহুনস্ ঐগী থম্মোয়দা চিংনদবা ঙমজদে ! দেবর্ষি নারদনা লাক্লম্বা নুমিং অহুদগী হৌহুনা করি থোক্লগবা থনবদা মীৎকুপ অমত্তা পোৎথাফম খঙজদে ! য়েৎক্কী মীৎ তত্তনা চোংই। ঙাংথোক্লিংবা ৱা ইফা ফাজিল্লি। নুমিৎ অহুদগী অমঙ্গলগী মশক ওইবা খুদম ঙাক্তা উরক্লি। হৌজিক যজ্ঞগী ৱা অমূক তাবদা হেন্না মীপাইবা পোক্লে ! খঙজরে

প্রভু! হন্দক্কী 'প্রভাস-যজ্ঞ' অসিনা ননাইমুবীগী থম্মোয় মচেৎ মচেৎ থুগাইবিতুনা কপহনবিরনি! শোয়দনা!

কৃষ্ণ :— হে চান্নথোইরবী! করিগীনো অতুম্না ওইদ ভাব কয়া থম্লুরিবা? অফবা কর্ম তৌবদা করিগী অতুম্না রাবগে?

রুক্মিনী :— অফবা নত্তে ইবুংঙো! হন্দক্কী যজ্ঞ অসিনা মরম ওইতুনা শোয়রোই ননাইমুবীবু কপহল্লনি।

কৃষ্ণ :— যজ্ঞ অসিদা নঙনা চিংনবা করিনো হায়য়ু।

রুক্মিনী :— প্রভু! ননাইনুবীদি মুপীগী মপোক্তা পোক্লবী তোল্লবীনি! করিগী অতুম্না শুমহৎপিরিবনো? যজ্ঞ অতুদা ব্রজগী মীপুম খুদিং লোয়না লাক্কনি! মতুদা নঙগী চান্নরবী রাধা শোয়দনা য়াওরক্কনি! জগৎনা হায়নৈ রাধা-কৃষ্ণ আত্মা অমথক্কনি। মহাক্না মফম অসিদা হেক য়ৌরকপা মীকুপ্তা নহাক্তি শোয়দনা মাঙথ্রনি! কাওবিথ্রনি লাইবক থিবী রুক্মিনীবু! প্রভু! নুমিৎ অসিদি ঐগী থরায়গী লন মাঙখিবা নুমিৎ ওইগদ্রা চিংনদবা ওমজদে দয়াময়!

কৃষ্ণ :— জগৎনা 'রাধা-কৃষ্ণ' হায়নরবস্ত লক্ষ্মী-নরায়ন হায়নদবা কনা লৈবগে? ঐনা নরায়ননি। নঙনা লক্ষ্মীনি। নঙ ঐ কদৌইঙদা থাদোক্লরোই। প্রলয়গী মতমদা নঙ ঐ বট মনা অমদা তাও-মিন্নবা মীৎকুপ অতুদা ঐগী হৃদিদা লেঙদনা থম্বনি নহাকপু থাজো! ঐ নঙবু থাদোক্তনা থক চৎলোই।

রুক্মিনী :— প্রভু! মসি নত্তবা অতোপ্পা চিংনবা অমম্থ লৈজরি!

কৃষ্ণ :— করম্বা চিংনবা অমা অমুক লৈরিবগে?

রুক্মিনী :— যজ্ঞ অতুদা যশোদা রানী লাক্কনী! মতম কুইনা মচা কায়না মৈশা লাংলবী যশোদানা প্রভু! নহাকপু হেক উবা মীৎকুপ অতুদা পাম্বোম রাংনা থাঙতনা (কপ্পা) ইমাগী গোপাল!

করিগী ইমাবু অমুক কুইনা থাদোকপগে ইমাগী নিলমনি! ইমা, কোনগে লাও। হায়না কৌরক্রবা মতম অতুদা! হায়বিয় প্রভু! নহাক যশোদা ইমাগী মথাল্লুংদা চেনশিন্দবা ভগীগদ্রা? ভগবন! মতম অতুদা ইমা দেবকীনা নঙবু খামহৌবা ভগ্নোইনে দয়াময়! যশোদা ইমাগী মীতগী শিন্থরকপা পীতনা নঙগী নশা পুমচোৎ চোৎকনি! যশোদাগী মমাঙদা লেপ্পুরবা নহাক্না অমুক হন্না দেবকীদা ইমা হায়না কৌবা ভগ্নরোই! মতম অতুদদি দ্বারকাগী ম্লুংশিবা পুন্নমক লোয়না থাদোকপিথ্রনি! লেংবিথ্রনি শোয়দনা ব্রজবৃন্দাবন্দা! (স্বর কুইনা) প্রভু! হন্দকী প্রভাস যজ্ঞ অসে ননাই রুক্মিনী য়াওজররোই! প্রভু লেংবিরুরো! ননাইনুবীনা কোন্নুংগী ভাক-শেনবগী থবক পুজহৌগে!

কৃষ্ণ :— (মোমোন নোক্না) অতা ওবীসিদি! অতুগীদমক করিগী অতুক হাক্না চিন্তা তৌবগে? নুংজানরম্ম চান্নবী হৌগৎলো! ঐনা নঙবু কদৌঙৈদম্ম থাদোক্লোই! সে! ননায়দো হঙ্গংলু! শিন্থরিবা পীরাংসে তৈথোকে! করিগী অতুম্না অরেম্বদা পীরাং শিন্থবগে? রুক্মিনী! হৌজিক অমুক পন্থরম্ম! প্রভাসতা চৎনবা থৌরাং তৌরো! কুবেরনা লনগৈ পান্নরমগনি নহাক্না মতেং খরা পাংলুরো।

রুক্মিনী :— ইবুংঙো! সনা কোন্নুংসিদি কনানা ভাক-শেলহৌগনি?

কৃষ্ণ :— সুদর্শন অমদি সমদ্রদা সনা কোন্নুং ভাক-শেনবগী থবক শিন্নরমগনি! চৎলো চৎলো প্রভাসতা চৎনবা শেম শাজরুরো!

( ভাইহাক যন্ত্র )

# প্রভাস যজ্ঞ

## ( মরিশুবা মতাঙ )

মতম :— অয়ুক।

মফম :— প্রভাস কোন্নং।

ফিভম : - ব্রহ্মনশিংনা বেদ-মন্ত্র খিবা অমদি মীয়ামগী নিল খোউবা খোলজেল শাই।

কৃষ্ণ :— (চিঙননা ) ইপা ইবুংঙো ! ঙসি যজ্ঞ মফমসিদা দাউজি লেৎকপা উদববু ?

বসুদেব :— ( স্বর চাওনা ) ইপাগী কৃষ্ণ ! নয়াম্বুং বলরাম মফম অসিদা লাক্লমই ! অদুবু চংঙ্গে ! মপুক্লিংদা খজিক ৱারৌবা লৈগ্রমায়ে ! যজ্ঞ য়াওররোই হায়দুনা মাগী কাদা থোঙ লোনশিল্লগা তুমিন লৈগ্রে !

কৃষ্ণ :— পাবুং ! দাউজিনা ৱারৌখিবা করি মরম লৈবিবগে ?

বসুদেব :— কৃষ্ণ ! ব্রজবৃন্দবনগী বানে নহাক্লা থিংই হায়বা অচূম্বা ?

কৃষ্ণ :— অচূম্বনি পাবুং !

বসুদেব :— অদুদি চুম্মেদনা নয়াম্বুং বলরাম্না শাওখিবা ! ত্রিভুবনগী প্রজা পুম্নমক্কী মমুংদা করিগীদমক ব্রজথক্তা বার্তন থিংবা নহাক্লা ? ৱাফম সিমক্লি নয়াম্বুংনা শাওখিবসু !

কৃষ্ণ :— ব্রজদা বার্তন থিংবগী মরম হায়জগে তাবিয় পাবুং ! বার্তন হায়বসি ব্যবহার মখল অমনি ! অদুবু ইশাগী কর্ম্ম

তৌবদা ইশাগী য়ুমদা বনানা বার্জ্জন তৌনবগে ব্রজদি ইশাগী য়ুমনি। ঐনা ব্রজদা বার্জ্জন তৌরবদি ব্রজবাসিশিং মীতোপ ওইরে। পাবুংনা নচাবু খনবিবা অসিগুম খনবিবনি নন্দনস্থ। ইমা দেবকীনা ঐবু মুংশিবিবা অসিমক ইমা যশোদানস্থ মুংশিবিবনি। খন্দুনা য়েংবিয়ু পাবুং! ঐনা মখোয়দা করিগুম্বা বার্জ্জন তৌরবদি মখোয়বু ঐনা মীতোপ ওইনা লৌগ্নে খনবদা মখোয়গী থম্মোয়দা ইকাই মুংশি য়ান্নগনি। মরম অসি লৈবনা ঐনা ব্রজদা বার্জ্জন থিংবনি। চিংনবীগনু পাবুং! যজ্ঞ অসিদা ব্রজবাসিশিং শোয়দনা লাকনি। রাফম অসিমক পাবুংনা দাউজিদা হংগৎপিরগা দাউজিগী মুংঙাইতবা কোক-হনবীয়ু।

বসুদেব :— ইপাগী গোপাল ইচাগী পুক্নিং খঙলুদবনা য়াইফ মঙ্গলনি খল্লুবা যজ্ঞসে অরেম্বা ওইরগদ্রা খল্লুরে ইপাদি! ফরে! রারম অসিমক নয়াম্বংদা খঙতল্লুরগে!

(ঙাইহাক যম্ন)

# প্রভাস যজ্ঞ

( মঙাশুবা মতাঙ )

ফিভম :— সনথোঙদা দ্বারিগা নন্দ যশোদাগা ঙাংনবা।

নন্দ :— দ্বারী ! ঐখোয় চঙগে থোঙ থাদোকপীয়ু।

দ্বারী :— ভাইখো ! নখোয় চঙবা য়াখিরোই।

নন্দ :— দ্বারী ! করিগীনো ঐখোয়বু থিংলিবা ? ঐখোয় ব্রজ-বাসিশিংনি। যজ্ঞ য়াওবা লাকপনি ! কোন্নুংদা চঙগে ঐখোয়বু থিংগন্নু !

দ্বারী :— নখোয়বুনি ঐনা থিংলিবসে ! বার্তন ফংদবা কনানা কোন্নুংদা চঙবা য়ারোই বার্তন ফংবশিং অদুখক্তনা কোন্নুং মন্নুংদা চঙগনি ! অদুগা বার্তন ফংদবশিংনা কোন্নুংগী মপান্দা লৈগনি। অদুম ওইনমক যজ্ঞগী দান-অমদি অচা-অথক্তি লোয়না ফংহনগনি।

নন্দ :— দ্বারী। সনা লুপা, অচা অথক কয়া ফংগনি হায়দুনা লাকপা নত্তে। লন মীহোৎনা লাকপা নত্তে। দ্বারী খঙউ ! নঙগী নবুংঙো কৃষ্ণদো ঐগী ইচানি ! মহাক্তবু উনিংবনা মফমসিদা লাকপনি ! মতম মাঙহল্লন্নু থোঙ থাদোকউ ঐখোয় চঙগে !

দ্বারী :— ( করেম্ননা ) কদায়দগী অঙাংঙবনোনে নঙবু ? দ্বারকাগী মবুংঙো কৃষ্ণবু নঙগী নচানি হায়বা ? হা … হা … হা .. ! মোত্তাই শুদাইনবা, লক্ষ্মীগী চাকনিবা মানবা নঙবু কৃষ্ণগী

মপা ? হা হা হা (হৌনা নোকই) হে অঙাওবা ! মমিঙ কৃষ্ণ কৌবা নঙগী নচা শিখি নাখিবকা য়াওবরো ? হোয় মতুগুম্বা য়াওখিবদগী। নহাক ৱাখল চোইখিবা ওইরম্বসু য়াই। ফনবু মুংশিবা ৱানি। অতুবু অহল ! ৱাফম অতুদি অমুক হন্না হায়গনু। করিগুম্বা কৃষ্ণগী মপাবুং বসুদেবনা তাখিবা থোক্রবদি উশিং থওইদে হায়তুনা নঙবু দন্দি তৌবিগনি।

নন্দ :— (শাওরপা) দ্বারী ! ঐখোয়বু অরেম্বদা মতম মাংহল্লনু। খোঙ থাদোকউ। ঐখোয় চঙগে।

দ্বারী :— (শাওনা) হে অহল ! লম হেনগনু ! নঙবু চঙহনগে চঙহল্লোই ঐগী খুত্তা লৈতে। শ্রীহরিগী য়াথং ফংদনা ঐনা নখোয় কনামত্তবু চঙহনবা ঙমদে। ঐনা নিংখিনা হায়রিবৈঃ মচিত্তমদা তুমিন্না ফমতুনা লৈয়ু। লম হেন্নবদি য়েংউ ঐগী খুত্তা পায়রিবসে !

নন্দ :— (থম্মোয় শোক্না) যশোদা ! হৌজিক করি উপাই লৈরি ? কান্নদ্রে হন্নসি ব্রজদা ! ইমান্নবা ব্রজবসিশিংগী মমাঙদা ওন্থোক্না ইকাইথ্রেদা ! ৱানী ! ঐখোয়গী ইচাদো ঐখোয়না তশেংনা কাওথ্রবজাংনি ! (কপ্পা) ইপাগী গোপাল ! ঙসি ইচাগী নুংশিরবা ঢেংলৌ নশক উরনি খন্নবদি মঙদা মনি খুনবা ওইরম্নেদনা ! ইপাগী কৃষ্ণ ! ইচাগী নশক অতুতং উরগা হন্নবাদ পেনথ্রনিদা ইপানা।

যশোদা :— (পুক্নিং মুংশিনা) মহারাজ ! অমুক্তা তপথবিখো ! দ্বারিসে ঐমুক্তা হায়নদুনা য়েংজগে ! থোঙ শঙবা ইবুংঙো ! থোঙ থাদোকপিয়ু ! ঐখোয় য়ান্না ৱারে ! ঐখোয় খর চঙগে।

দ্বারী :— ঐনা হায়বশে তাখোনে ইমা ! নখোয় কোন্নুং মন্নুংদা চঙদ্রবসু মফম অসিদসু শোয়দনা অচা অথক লন-থুম য়েল্লকখিনি হায়না ! কোনুং মনুংদা চঙলগা লন হেন্না হেক্তা ফংগদবা নত্তে হায়বনি।

যশোদা :— ইবুংঙো ! ঐদি লন পামদ্রুনা লাকপা নত্তে ! ঐগী লন ওইবা ইচা কৃষ্ণখক্তবু উনিংহুনা লাকপনি। ঐবু থিংগন্নু ইচাগী নাক্তা চৎকে !

দ্বারী :— ( শাওরগা ) করিনোনে ঙসি যজ্ঞ মফম অসিদা অঙাওবা অঙাওবী ভাক্তা লাকখ্রবসিবো ! মসিমক্তু অমুক কৃষ্ণগী মমানি হায়ররেনে। ও ! নঙস্তু দ্বারী ঐঙোন্দা অমুক করেম্নররেদনা চৎলো চৎলো তু ! আদগী উ পাম্বীসে মসিগী মখোঙদা নুংঙাইনা পোৎথারগা লৈরুরো। হোরেল অচা-অথক য়েংলবা মতমদা নখোয় গী শরুক শোয়দনা থুংলক্কনি। অত্তুগনে ! হৌজিক নঙদি কৃষ্ণগী মমানি হায়বগুম্বা চোইরোনদো অমুক হন্না ঙা লুরব্রুকো ! কৃষ্ণগী মমা দেবকা তারবদী নহাক সোয়ত্তুনা অকনবা চৈরাক ফংগনি।

যশোদা :— ( শাওনা ) হে দ্বারী ! কৃষ্ণ কনাগী মচানো হায়বা নঙ খঙগদবা ভাইহাক্তা ভাইরে! সে থোঙ থাদোকউ ! ঐখোয় চংগে !

দ্বারী :— ( শাওনা ) মীনা চঙবা য়ারোই হায়ররবমক্তদা লম হেনবা শারদনা ! ইনাওশা ! নখোয় ময়াম চঙত্তুনা মসিদগী নুপীসে মশা শাগন লাক্তুনা চিংথোকখো ! (ময়াম চংলো চংলো লাওই)

যশোদা :— ( স্বর যুইনা ) ইচাগী মনাই ফাওবনা লক্লরবকো ! হৌজিক করি উপাই তৌগনি। কৌহুনা য়েংগে হায়রবস্তু কোনুংগী নিল খোঙবা অসিনা তাররোই অত্তুবু অমুক্তং কৌহুনা য়েংলমগে ইচাবু। তাদবা থোক্লবা হনখ্রগে ব্রজদা !

( খোনথাং নৈনা হিক্লা হিক্লা ) হা গোপাল ! ইমাগী নিলমনি নঙগী দ্বারীদা ইমাবু চঙহন্নক্কনু ইমা মশক উনিংদে হায়রস্তুনে কৃষ্ণ ! নঙনা অঙাং ওইরিঙৈ ! মীগী ননী হুরাল্লুবগীদমক ইমানা নখুৎ পুন্দুনা ব্লারকখিবগী লমন ঙসি ইমাদা শিংলিব্রনেপ্রান

কৃষ্ণ ! ইমাবূ মক্কম অসিদা প্রান থারো হায়ব্রনে হা কৃষ্ণ ! হা গোপাল !

কৃষ্ণ :— ( যজ্ঞ মক্কমদগী খোনথাং ঠৈনা খুমই ) ইমা ! নচা লাকচরে ! নচাব৲ ঙাইরমখো ! ( চৎকে তৌই )

নারদ :— প্রভু ! করিনো কদোমদনো তফিং তফিং যজ্ঞ মফমদগী চেনথোকপিগে খল্লিবা ? য়েংবিয়ু ! প্রভুগী তথক তথকপা নতৌদা ব্রহ্মন মুনি ঋষি কয়ানা ঙক্না য়েংনরিবসে হৌজিক কনাগুম্বনা কৌবগুম ‘ইমা’ হায়না খুমবীখিবা কনানা কৌখিবগে! কনাসু কৌ-খিবা লৈতে! তপথবীয়ু প্রভু! করি চিংনবা তাকপিয়ু ননাই নারদদা!

কৃষ্ণ :— ( কপ্পা কপ্পা ) দেবর্ষি ! তাও ! সনথোঙদা কৃষ্ণ পোকপী যশোদানা দেহগা প্রানগা কায়নগদবমথৈ কৌরিবসে! ঐবু খাম্বীরম্ন দেবর্ষি ! ঐনা মীৎকুপ অমক্তং পন্থখিবা থোক্লবদি ইমাগী প্রান থাখিবনা হানবা তারে ! ঐ চৎলগে দেবর্ষি ঐবু খাম্বীরনু !

নারদ :— প্রভু ! পুম্নমক খঙজরে অতুবু দয়াময় ! অতুম্না রাজবেশ থোনবিতুনা লেংলবদি ইমা যশোদানা কৃষ্ণ নঙবু খঙদবদগী ইমাগী প্রান থাখিবনা হাল্লনি ! লেংবিগে হায়রবদি যশোদা ইমানা শেৎপিখিবা আভরন অতুমক লৈতেংবিরগা লেংবিয়ু !

কৃষ্ণ :— দেবর্ষি ! মতুদি ইমা যশোদা নত্তনা অতৈ কনা হৈতবনি। অতুগা মক্কম অসিদদি হায়রিবা আভরন অতুস্ত পুরক্তে ! করম তৌসিগে দেবর্ষি ?

নারদ :— ভগবন ! কৃপাদা পিনবিয়ু ! নারদনা যোগ সাধন্না মীকুপ্তা পুজরক্কে। ইমা যশোদানা শেৎপিবা অতুমক মাম্না লৈতেংজগে শ্রীঅঙ্গদা।

কৃষ্ণ :— অতুদি দেবর্ষি ! থিনথবিরম্ন হৌজিকমক পাংথোকপিরো চহি কয়া চারক থক্লক্তবনা য়াংগঙলবী ইমাদো প্রভাসকী

সনাথোঙদা প্রান থাখিবনা হানবা তায়ে দেবর্ষি !

নারদ :— ফয়ে ননাই থিনথবা তৌদনা পাংথোকচরগে ! (পোজ যন্ত্র)

( বাঁশিগী খোলজেল তাই )

নন্দ :— ( বানা ) রানী ! নচা নিলমনি লাক্লমায়ে বাঁশি খোলজেল তারক্লে ! বাক্লরম্নু যশোদা ! শোয়ররোই নচা লাক্লনি ! ( কৃষ্ণ চঙলকই )

কৃষ্ণ :— ( নোল্লুক্লা ) পাবুং ! নচানা খুরুমজরি !

নন্দ :— (পুক্লিং সুংশিনা) ইপাগী কৃষ্ণ ! ইপাগী ইবুংঙো ! হৌগংসু ...!

কৃষ্ণ :— ইমা ! নচানা খুরুমজরি ! ইমা পাবুং অনিমক লেংশিল্লসি কোম্নুংদা ! দ্বারিশা ! করিগীনো নখোয়না ইমা অমদি পাবুংবু সনথোঙদা অস্নুমনা পলহনবা ?

দ্বারী :— প্রভু ! ননাইশিংনা খঙজরুদবনা লানথ্রে ! ঙাকপিগনি দয়াময় !

কৃষ্ণ :— ইমা ঙাকপিয়্ ননাইশিংসে খঙলুদবনা লানঞমায়ে ! লেংশিল্লশি ইমা কোনংদা

যশোদা :— (পুক্লিং বারৌনা কপ্পা) ইমাগী কৃষ্ণ ! ইমা চঙখিরোই মতম অমদা নঙনা মথুরাদা লৈরিঙৈ নন্দ বিদায় তৌরমদাই ! করি হায়খি নঙনা রাজসভা মমাঙদা ? হায়য়্ কৃষ্ণ ! হৌজিক ইমাগী মাঙসিদা !

কৃষ্ণ :— ইমা ! হৌখিবা বা নিংশিংহুনা নচাবু বারৌবিরম্নু ! ইমাগী তম্পাক্লা ফমুগা ননী মখোল চারক্লবা কুইরে ! নচাবু হান্না পম্বীয় ! ননী খজিক্লা ইনবিখো ইমা ! নচা লাম্বনা প্রান পুবা য়াদরে।

যশোদা :— ইমানা হায়বা তাখো গোপাল ! ইমা নঙবু পম্বা ঙমখিরোই ! (কপ্পা কপ্পা) হায়খো সত্য হৌদুনা হৌজিক ইমাগী

মাঙসিদা ! হায়য়ুনে ইমাগী নিলমনি ! "নন্দ ইপা নত্তে ! যশোদা কৃষ্ণ পোকপী ইমা নত্তে !" হায়য়ু কৃষ্ণ ! হায়য়ুনে ! হুমিৎ ! অহুমক্তা প্রান থারগে খল্লম্বনি ! অহুবু অয়োইবা ওইনা ইচাগী নশক অমুক্তদি উখিগে খন্দুনা ঙসি ফাওবা য়ানা হিংলকপনি ।

কৃষ্ণ :— ইমা ... !

যশোদা :— হায়য়ু হৌজিক অশেঙবদো ! কৃষ্ণ ! নঙবু দেবকীগী মচারা ? নত্রগা যশোদা ঐগী ইচারা ?

কৃষ্ণ :— (পুক্নিং হুংশিনা) ইমা নচাবু অহুম্না করিগী য়ারৌবিবগে ? লানথে নচানা ! ঙাকপীয়ু জননী ! চরন কোম্না হায়জরি ! নচানা ঙাংথোকখিবা ইবুকথোক্নী য়া নত্তে ! ওইন য়াহৈ ঙাক্তনি ! নচাবু ঙাকপীয়ু ইমা ! ঙসি কৃষ্ণ ঐনা সত্য তৌদুনা হায়জরি : "যশোদা কৃষ্ণ পোকপী ইমানি ! নন্দনা ঐগী ইপানি !"

যশোদা :— ( কপ্পা কপ্পা ) ইমাগী নিলমনি ! লাও ইমা কোনগে ইচানা পামজবা ননী করি ইন্দনী ইমানা ! লাও ইমা ননী ইনগে ইমাগী তম্পাক্তা ফম্নরো গোপাল ! ইচাগী মৈনা চাক্লবা ইমাগী থম্মোয়সে ইংহল্লরো প্রান কৃষ্ণ .... !!

( লোয়রবা )

# রাধাগী তারোইবা খোঙচৎ

( অহানবা মতাঙ )

মফম :— রাধাগী যুম।

ফিভম :— রাধা লৈমায়দা রাম্থতুনা লৈ।

খোজেল :—

ওঁ নমো ব্রহ্মন্যদেবায় গো ব্রাহ্মানহিতায়চ। জগদ্ধিতা কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নম ।।

বৃন্দা :— ( পুক্নিং নুংশিনা ) ইতা হে রাধে। হৌগৎলো মীত্তো অমুক্তা পাঙথোকউ হায়বা। করি মতৌ কৌবগে ইতা নহাক্না তৌরিবা মতৌসিবো। শ্রী হরি মহাক্না ব্রজবৃন্দাবন থাদোক্লুনা হেক লেঙখিবা নুমিৎ অতুদগী তুমগনি চাগনি হায়বা খঙদনা মীৎকপ খুদিং মীংলুদগী পীরাং শিনথবা। পুংজা খুদিং পংথবা ননাই ওইবী ঐখোয়না বরম হায়না য়েঙতুনা লৈরসিগে ইতা। নংগী অকোয়বদা সেবতৌরিবা নত্তা ঐখোয় ময়ামদা নংনা বা নচৎ অমত্তত্ত ঙাংদা থবায় য়াওদ্রবা হকচাংগুম তুমিন তাদুনা লৈবসে বৃন্দ ঐস্ত প্রান পুবা ঙমশিন্নক্তে ইতা। হৌগৎলো রাধে। নতুং ইল্লগে ঐখোয় পুন্নমক ঙা্া চৎলগা যমুনাদা চোংথতুনা প্রান থাক্নরসি ইতা। হৌগৎলো ইতা।

( অরাপ্পদা বাঁশিগী খোলজেল তাই )

কাদামদগী বাঁশিগী খোলজেলনো খঙহৌদনা তারিবা। অক্ক কুইনা তাখিদ্রবা গোপীশিংগী পুক্নিং হুবা মীরাব খোলজেল ঙসি অমুক ব্রজদা নৌহৌননা তাররে। শোয়ররোই শ্রীহরিনা

ব্রজবাসিশিংগী অরাবা উবিরতুনা দ্বারকাদগী লেঙলকপা শোয়দনা ওইরম্লগনি। ( লাওনা ) ইতাশা। ময়াম পুন্নমক তাবিয়ু। অথাপ্পদা জয় রাধে। জয় রাধে হায়না তত্তনা খোঙলিবা বাঁশিগী খোলজেল অসে। শোয়ররোই ব্রজদা কৃষ্ণ লেঙলক্রে। থিনখরনু অমুক ইতাশা রাধা কৃষ্ণ অনিগী শ্রীচরন্দা পুজা কফনবা পুজাগী পোৎলম পুন্নমক শুনা লাংশিনবিরো।

রাধা :— ( বৃন্দানা লাঙবদা জ্ঞান লাকপা ) ইতা বৃন্দে। করিগীনো ময়ান্না অস্তুক য়ান্না লাংনরিবা ? নখোয়না অতুক য়ান্না হরাওনা চেন্নরিবনা করিগীনো ? করি তৌবা য়াওরবগে ইতা ?

বৃন্দা :— ( হরাওনা ) অতুবুরো ইতা। রাধাগী থবায় কৃষ্ণদো ব্রজদা লেঙলক্রে ঙসি। অতুননি ময়ান্না অস্তুক য়ান্না হরাওনরিবা। তাওনে রাধা নঙসু অথাপ্পদা জয় রাধে জয় রাধে হায়না তত্তনা খোঙলিবা বাঁশিগী খোলজেলসে। ব্রজদা অস্তুন্না খোঙবিগদবা কৃষ্ণ মহাক নত্তনা কনানু লৈবগে ইতা ?

রাধা :— বৃন্দে। তাখিনু তপথখো ইতা, কৃষ্ণ মহাক্কি শোয়ত্রে হায়বা কনা চত্তুনা য়েংলুবগে বৃন্দে ?

বৃন্দা :— য়েংলুদ্রবসু খঙজরে ইতা ত্রিভুবন অসিদবু ইবুংঙো মহাক্কা মান্ননা নুংশিনা খোঙবা হৈবা কনানু লৈবগে ? তাওনে নঙসু ইতা।

রাধা :— চুম্মী বৃন্দে। অতুবু তারিবা বাঁশি খোলজেল অসিদি ইবুংঙো মহাক্কা খোঙবা নত্তে। মতুগী মরম হায়গে তাওকো বৃন্দে। কৃষ্ণ মাগী বাঁশি খোলজেলদি রাধা পুক্কিং শুমহৎলি। প্রেমগী ঈথক হৌহল্লি। অতুগা তারিবা বাঁশিগী খোলজেল অসিদি মুংশিবতা মপোকই। রাধা পুক্কিং হুবদি ঙমদে। মরম অতু-না ইতা। বাঁশি খোঙলিবা মহাক অসে কৃষ্ণ মাদি ওইররোই।

কনাগুম্বা সাধু অমনা খোঙবা শোয়দনা ওইরমগনি। থিম্বারস্থ বৃন্দে। য়ায়া থুনা চৎলগা অরেপ্পা অমত্তুং থঙবিয়ু। লাক্লিবা মহাক্কো কনানো? করি মবমগীদমক মফমসিদা লাক্লগা অদুম্না বাঁশি খোঙলিবা। ইতা! মহাক্না হেক থেঙনবগা মানা খোঙলিবা বাঁশিদো হান্না খামজিনবিয়ু বৃন্দে।

বৃন্দা :— মীনা খোঙনিংহুন' খোঙববু করিগী খামলুনি হায়বগে। খোঙজসনু করি তৌই হায়বগে?

রাধা :— (পুক্লিং নুংশিনা) বৃন্দে। পংইদকো ইতা নঙসে। যশোদা রানীসে মচা কায়ন' মৈচাক খাঙলকপা চহি চাম গুখরে ইতা চাদবতনা য়াঙদা নপ্পবী পাঙ্গল ময়েং তারবী কৃষ্ণ পোকপিনি বাঁশি খোলজেল তারগা মচা লাক্লবোই নিঙহুনা 'ইমাগী নীলমনি' কৌরগা চেনথোরক্কনি হরাওনা॥ মচা কৃষ্ণ ওইরমদ্রবদা চোকথরবী যশোদা ইমাদো লৈমায়দা হায়থহুনা প্রান থাখিবা শোয়ররোই ইতা। অমুক পন্থবা তৌরনু বৃন্দে। য়ান্না থুনা চৎপিরো খোঙলিবা বাঁশি অসে অমুকতা হান্না খামজিনবিয়ু। অহুগা ইতা অনবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্থু মহাক অদো ঐগী য়ুমসি তান্না নহাক্না পুন্দিরকউ।

বৃন্দা :— ফরে ইতা অহুদি ঐ চৎলুখিগে। মহাক অসে কনানো খঙলুরগে অহুগা মফমসিদা শোয়দনা পুজরককে।

রাধা :— চৎলো বৃন্দে থিম্থরনু।

বৃন্দ :— (স্বর চাওনা শাংনা হেক্লি) ইতা রাধানা হায়বা চুম্লেদনা। আদা লাক্লিবা সাধু বাবা অসে সোয়দনা ওইরম্বা তারে। অহুবু মাগী মথুক্তা পায়রিবা অসিদি বীনা যন্ত্রনি বাঁশিদি নত্তে। বীনানা করন্না বাঁশিগী স্বরদা খোঙলিবা মহাক অসে কনা ওইরিগবা? ব্রজগী অরাবা উবিহুনা স্বর্গগী

লাইমক্কা মফমসিদা লেঙবিরক্কব্রা। চহিনা লুমথরবা পারবা হুকচাং ভৌরবা শাংলবা জটানা কোক্তগী য়াম্থরিবা। অঙৌবা কোই• অঙৌবা ফিজেৎ। নখাঙ য়ৌবা চন্দন অসিনা ইরং লংনা কয়াদা ফজরিবা। চেংলবা ঙকশম অসিদা তুলসি মালানা হায় হুমী মনিং তম্না। খুৎ ওয়দা পায়রিবা বীনা যন্ত্র অসিনা করম্না বাঁশিগী তবর লৌহনা তঙনা খোংলিবা জয় রাধে। জয় রাধে। হায়না মহক্কী মতৌসে চিংনদবহ্ণ ঙমদে। হঙদবদি য়াদ্রে। অহুবু ওস্থোক্কদ কিজহ্রেদা মহাক যৌশিল্লক্লে হঙলগেদা হেক্তা! সাধু বাবা নচানা পুরুমজরি।

নারদ :— মঙ্গল ওইরো ইবেম্মা। মঙ্গল ওইরো।

বৃন্দা :— সাধু বাবা নহাকপু কনানো? করি মরমগীদমক মফমসিদা লেঙবিরকপগে? হৌ জক্কা মফম কদায়দা য়ৌবিগদবা? বাবাগী বীনা যন্ত্রনা বাঁশি খোঞ্জেল লৌহনা করিগী খোঙবিবগে? চানবিহনা বাবা। মরমশিং অদো নচাদা অমক্তা খঙহনাবিয়ু।

নারদ :— ঐগী পরিচয় হায়গে তাও ইবেমা ঐগী ইমিং নারদ কৌই। ব্রহ্মগী মচানি ইসা ইবুঙোগী য়াখংনা রাধাগী নাক্তা লাকপনি।

বৃন্দা :— দেবর্ষি! ঙাকপীগনি। খঙজরুদ্রে ননাইনা ঐহ্ণ রাধাগী মনাইনি। ইমিংনা বৃন্দা কৌজৈ।

নারদ :— (হরাওনা) তান য়াম্না চারে ইবেম্মা। ঐবু থুনা রাধাগী মনাক তাম্না পুবিরো। রাধাগা উন্নজগে।

বৃন্দা :— মহামুনি। রাফম অমত্তং হাম্না হংগৎচগে নফমদা। বৃন্দানা হায়বনি খনবিগনু ইতা রাধামক্কা তাকপীরকপা রাফমনি।

নারদা :— হায়য়ু ইবেম্মা। চিংনগনু। করি রানো হায়নিংলিবা?

বৃন্দা ঃ— বীনা যন্ত্রনা বাঁশি খোঞ্জেল লৌহ্নুনা খোঙবিবা অসিতদি লেপ্পীখো হান্না। করিগুম্বা নবাই বৃন্দানা হায়জবসে য়াবিদ্রবা শোয়ররোই মহামুনি। নহাক মুপী হাৎপা পাপ শোয়দনা পুরনি।

নারদ ঃ— ( ঙক্লা ) করি বানো ইবেম্মা। নহাক্লা হায়রিবদো ? নারদ ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে। ঐবু ভাব তাহল্লু।

বৃন্দা :— ( পুক্লিং মুংশিনা ) তাবিয়ু দেবর্ষি। মতুগী মরম হায়জগে। কৃষ্ণ পোকপী যশোদারানীদো মচাগী বাখলদা চারক থক্লক্লবা চহি কুমশিং য়াম্লক্লে। দেহগা প্রানগা খাইনদে হায়বদা মঙাইরে। অশিবগী পাংথক ওইরে। বাঁসি খোঞ্জেল অসে করিগুম্বা মহাক্লা তাখিবা থোক্লবদি মচা লাক্লে থন্দুনা কংলবা হকচাং অতুনা চেনথোরক্কনি লম্বীদা অঙাওবীগুম। 'ইমাগী নিলমনি'। ইমাগী গোপাল' হায়না তক্তনা কৌরগা মচাবু থিরক্কনি মচা উবা ফংলক্ত্রবা মতম অদুদদি দেবর্ষি যশোদা রানী লৈমায়থক্তা হায়থহুনা শোয়দনা প্রান থাত্রনি। মরম অসিনা মহামুনি। বাঁশি খোঙবসে মসিমতংদি লেপ্পীয়ু।

নারদ :— চুম্মী ইবেম্মা। ঐগী বীনা যন্ত্রনা হায়নরুবা তৌদনা পামজবা রাধা নামবু অত্তনা শোল্লি বাঁশিগী খেঞ্জেল লৌহ্নুনা। ফরে লেপ্লগে অমুক খোঙলরোই। চৎলো বৃন্দা। মাঙ থারো রাধাগী নাক তান্না পুবিরো ঐবু।

( ঙাইহাক যন্ত্র )

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

( অনিশুবা মতাঙ )

মফম :— রাধাগী থোঙগাল।

ফিভম :— নারদ লাক্লনি খঙহুনা রাধানা ভাইহুনা লৈ।

নারদ :— জয় রাধে। জয় রাধে। প্রনাম বৃন্দাবনে শ্বরী!

রাধা :— দেবর্ষি। করি মতৌনো তৌবিরিবসিবো? ঐদি গোপ সুপীনি। মুনিশিংগী অথোইবা হে ঋষিরাজ। নঙনা ঐগুম্বী তোংবী অমগী মফমদা খুরুম্বা হৌনদে লেঙখৎপিয় মুনিদেব। কনাগুম্বনা উগ্রগা ঋষি দেবর্ষীগী মীংচৎ থিবা ওইগনি।

নারদ :— ( পূক্লিং সুংশিনা ) হে রাধে। হে জগৎ মাতা। নঙগী কৃপানা নঙগী তত্ব পুন্নমক খঙজরবা ননাই নারদ ঐঙোন্দা করিগীদমক শুম্বৎপিবগে? খঙদবা কনাগী মফমদা মীনম্বীবা য়াগনি। ননাই নারদগী মফমদদি কুপশিনবিরনু অমুক মীনবগী লাংদো।

রাধা :— দেবর্ষি।

নারদ :— সত্ব, রাজ, তম, গুন অহুম্না পুনবী নহাক্কী শেমবিগে, য়োকপীগে, মাঙহনগে নংগী ননিংনি ইমা। নঙনা শেমগে হেক নিঙবদা শেমম্বনা হানবিনি। প্রকৃতিগী মশক ওইবীনি। মরুনি পুন্নমক্কী। ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরনচিংবা লাইয়াম খিবিক্কী নিংনফমনি। বৈকুন্টদা মহালক্ষ্মীনি নহাক, নোংশা শাদোং ওইবী দুর্গাসু নহাক্কি। সরস্বতীসু নঙনি। কৃষ্ণগী চানবিহৈবী রাধা ওইনা গোলোকসিদা পোকপনি। ব্রজ লিলাগীদমক আয়নগী য়ুমদা লৈবনি। হরি মানা রাধা নঙগী নীংবা

থুঙহনগে খনবিহুনা রাধা নঙগা লোয়ননা গোপ শাগৈদা অবতার তৌবনি। মকোক লিশিং পানবা আনন্তমক্রা থাবা লোইবা ঙম্ররোইদবা ইবেম্মা নঙগী নগুনবু তোল্লবা ননাইনা করম্না শিংথারসিগে।

রাধা :— মহামুনি। নহাক্না ঙসি রাধাগী ইফমদা লেঙবিরকপা করি তাকপিনিংবা লৈবগে? করি থোগীদমক মফমসিদা লেঙবিরকপা তাকপিয়ু চিংনদনা।

নারদ :— হে জগৎকী মবেম্মা জগৎমাতা। ননাই "নারদগী থোই-দোকপা অপাম্বা লৈজদে। শ্রীদামগী শাপ্না রাধা কৃষ্ণ অনি চহি চাম কাইনরে। ইবুংঙো মাগা কাযনবগী মৈচাক ইমা নঙনা থাংলকপা চহি কুমশিং য়াম্লক্লে। বাবিরুরম্ নু রাধে। ব্রজগী থবাই ওইবা কৃষ্ণ ব্রজবৃন্দবনশিদা শোয়দনা লেঙলক্লনি। অদুগা হে রাধে ঙসি ননাই নারদনা ইমা নঙগী নফমদগী করিগুম্বা অমত্তং ফিগাও শানা নিজগে চরন্না কৃপা তৌবিয়ু জননী।

রাধা :— দেবর্ষি রাধাদি লন লৈজদ্রবী লাইরবীনি ঐগী ইফমদগী করি লনবু পাম্বীবা অরৈববু ওইরবদি কৎচগে মুনিগী মফমদা তাকপিয়ু চিংনদনা।

নারদ :— হে রাধে। সনা লুপা। মনি মুক্তাগী লন থুমদো পামজদেকো ননাই নারদদি। (কপ্না কপ্না) ঙসি ননাই নারদনা ইমা নঙগী শ্রীচরন্দা নিজনিংবদি অতৈ অমা নত্তেকে জননি। ননাই নারদগী ভক্তিগী আসন্দা লেংশিনবিয়ু ইমা। হে জগৎ মাতা। ইমা নঙগী শ্রীচরন্দা লৈরাং খুজোক কক্তনা ইমা নঙগী সেকা ফংহনবিয়ু মসিতনি ননাইনা নিজনিংবা ···।

তপ্তকাঞ্চন গৌরাঙ্গীং রাধাং বৃন্দাবনেশ্বরীং বৃষভানু সুতং দেবীং তাং নমামি হরিপ্রিয়াং।

(ঙাইহাক যন্ত্র)

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

( অহুমশুবা মতাঙ )

মফম :— রাধাগী য়ুম।

ফিভম :— বৃন্দা রাধাগী নাক্তা তফিং তফিং চংলকই।

বৃন্দা :— (হরাওনা) ইতা। হে রাধে। করিগীনো হৌজিক ফাওবা নিংঙাইদনা অসুম ফমদুনা লৈথোক্লিববো? তাদ্রা হায়বনি নহাকপু। প্রভাসতা শ্রীহরি লেঙলক্লে হায়বা?

রাধা :— ( নিংবা কায়না স্বর ফুইনা হোল্লি ) বৃন্দে। তারে পুন্নমক। খল্লম্বনি ঐসু ইতা। নোংমা নত্রগা নোংমদি ব্রজবৃন্দাবন অসিদা ইবুংঙো মহাক শোয়দনা লেংলকখিনি হায়না। রাখল অদুমক্তনা অসুক কুইবা মতমসে রানা ঙাইরকপনি ইতা। হৌজিক প্রভাসতা লেঙলক্লে তাবদা রাধানা নিংজরম্বা আশা পুন্নমক লোয়না কায়খ্রে বৃন্দ।

বৃন্দা :— অদুবু ইতা। করি তৌই হায়বগে প্রভাসতা চংলগা হেক উনরগা লোইরেদনা।

রাধা :— বৃন্দা নঙনদি তরাইনা হায়রি। নঙনা খঙলিবদুমঙাই ঐসে শাগৈগী মৌনি। চংনিঙই করম ইনিঙ তমগনি বৃন্দে।

বৃন্দা :— হে রাধে। কৃষ্ণ প্রেমগী মখাপোনবী নঙনা ঙসি তাকপিরিবদু করিনো? আয়নগী লাংনা কুপখিদুনা ইবুংঙো মহাকপু কাওরগে খল্লব্রা ইতা?

রাধা :— ( পুক্লিং মুংশিনা ) ইতা। রাখল অদু ওন্নরে। কৃষ্ণ মহাক্তবু নিঙজবতনা রাধা ইশানা ইশাবু কাওথোক্লবীনি। অদুবু ইতা মাঙলমচৎকী রারী লৈবনা আয়নগী য়াথং য়াওদনা চৎপা য়াদে। কৃষ্ণ মাগী হন্দক চৎপা তারবা আয়নগী য়ুমদা লৈরকপগী অরোইবা মুমিৎ ওইগদৌরিবনি। অদুনা বৃন্দে। চৎপা তারবস্ত আয়নগী মফমদগী বীদায় লৌরগা চৎপা তাবনি ইতা।

বৃন্দা :— ইতা। মাঙলমচৎকী রারীদো ননাই বৃন্দাদা লীবিয়ু তাজগে ?

রাধা :— তাও বৃন্দে। আয়ন্না ঐবু মাগী য়ুমগী গৃহিনী ওইনা ফজনিংবদগী হরি মাগী মফমদা মপোক তরেৎ অকনবা তন তৌদুনা লাকখি। হরিনা পেন্দুনা আয়নগী নিঙবা থুংজরো তাকপীখি। অদুগা আয়নবুদি নপুংসক ওইনা পোক্লনবা তাকপিখি। মরম অমনা ইতা আয়ন্না ঐবু নিজবনা মাগী য়ুমগী লক্ষ্মী ওইনা লাৎচগে নিজবনি। অদুবু হরি মানা আয়নগী রমনী ওইনা নিবনি থনখিদুনা নপুংসকী রাফম অসি হায়খিবনি। তুংদা আয়নগী পুক্লিং খঙলবদু হরি মাগী মাঙ-ফম্রবা য়াথংদি ঙাকপা তাখি। মনাইনা খুহ্‌ম চনবা হরিনি। আয়নগী নিঙবা মপুঙ ফাহনগে খন্দুনা ঐবু আয়নগী অয়াবা য়াওদনা মাগী য়ুমদগী চৎপা য়াদে ত কপিরকই। হরিগী য়াথং মতুং ইন্না ঐনা ঙসি ফাওবা আয়নগী য়ুমদা মাগী লোয়নবীগুম লৈরক্লী। হৌজিক ঐনা মাগী মফমদগী করন্না বীদায় লৌগদগে ইতা ?

বৃন্দ :— ইতা। নঙদি ব্রহ্মামকপুস্থ শুমহৎপা ঙম্বিনি। নহাক্লা চৎকে নিংলবা করি ঙমদনি। আয়নবুদি সুমহৎপা।

রাধা :— বৃন্দে। ঐগীদমক মপোক তরেৎ মাঙপ্রবা আয়নগী মফমদা অমুক হন্না ময়া তৌবা পামম্রে। অদুবু ইতা। ঐনা মাগী

ঘুমদা লৈগদবা মতম হৌজিক্কি লোইরে প্রভাসতা ইবুংঙো মাগী নাক্তা ঙসি সোয়দনা চংলনি। বৃন্দে নঙস্থু প্রভাস চংনবা থৌরাং তৌজকরো।

বৃন্দা :— ফরে ইতা ঐস্থু শেম শাজকরগে ?

রাধা :— ( মথন্তা ) ফরে। ঙসি আয়নগী মশাদা দিব্যজ্ঞান পীরগা রাধা কনানো হায়বা খঙহল্লগে। অরোয়বা ওইনা ঙসি ইখুৎ-মক্তা চাক থোঙলগা পীজরম্লগে। মত্থুগী মতুংদা মঙোন্দগী অরোইবা বীদায় লৌরগে।

( ড্রাইহাক যন্ত্র )

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

( মরিশুবা মতাঙ )

মফম :— আয়নগী যুম।

ফিভম :— রাধা রাখল যুংঙাইতনা লৈ।

আয়ন :— রাধা। করিনো ঙসি নঙগী মাইথোঙ ইমক মকশিন্না উরিবা ? করি যুংঙাইতবা লৈবগে হায়্যু শেঙনা ঐঙোন্দা।

রাধা :— ইবুংঙো। করি যুংঙাইতবা লৈজদে। পুক্নিংগী অপাম্বা অমতং নফমদগী নিজনিংবনি। ওইথোক্লোইদ্রা খল্লুবদা পুক্নিং মৈশা থজিক লাংজবনি।

আয়ন :— রাধা। আয়ন ঐদি লাইরবনি ঐগী ইরল হায়ববু রাধা নঙ খক্তনি। ইরল ওইবা মঙনা ঐঙোন্দগী করিবু নিনিঙাই লৈবগে ? অতুগা রাধা। নঙনা হায়বদা য়াখিদবা করিবু লৈগ্রবগে ? হায়্যু করি হায়নিংবগে ?

রাধা :— লুক হান্না হাবিখো। কোন্না তপ্না নিজগে।

আয়ন :— ( ইংক চক্লা ) নত্তে। রাধা চাকসিস্থু নঙনা থোঙলিব্রা ?

রাধা :— মাল্লি। ঐনা থোংজবনি। অস্লুক কুইবা মতমসে নোংমতা ইখুৎনক্না চাক থোঙলগা পিজখিদ্রি। ইখুৎ মোৎকনি হায়তুনা ইনেন্নসু য়াবিদবনি। ঙসি কন্না হায়জবদগী য়াবিরকপনি ইনেন্না।

আয়ন :— ফরে। ফরে। কদায়নো চারগে। ( চাবগী পোজ ) ইস : ওল্বোক্লা হাওখ্রে ঙসিগী চাক ইনশাংসে ইমা লক্ষ্মীমক্লা হেক লেংশিনজুনা থোঙবিরম্বগা চপ হেক মান্নরে হায়বা।

রাধা :— ( হরাওনা নোকই ) কদায়দগীনোদা । ঐনা থোঙবদা হাওবা নত্তেয়ে। রাধাবু চানবিবা রাখলনা হাওবনি। লুক হাবা লোইরবনিনা ঙাইহাক পোত্থনবা তৌবিরো। হুমাই থৌগন তৌজগে।

আয়ন :— আয়ন ঐনা রাধা নঙবু ফঙজবদি থিকনেম্বনা অকাশকী থা ফঙজবনি। থোঙ তেকপনা চীংজাও লানবা, মমিৎ তাঙবনা উবা ঙম্বা, না পঙবনা তাবা ঙম্বা লাইরবনা লন ফঙবনি। আয়নগী ইরল ওইবী নঙনা মাইথোংদা অরাবা মমি তাবা য়েঙবা ঙমদে ঐনা। হায়য়ু করিগীদমক লোম্না মীৎকী পী শিম্বগে ? মতম চুপ্পদা অরাবা রাখলনা ইরোইনবা মোত্তাই শুদাইনবা যিজেন্ভনা লৈতেং ওইবা নঙগী করম্বা অরাবা লৈবগে ?

রাধা :— ( মথন্ত স্বর চাওনা ) হৌজিক মতম চারে। আয়নগী মশাদা দিব্যজ্ঞান পীরগে। রাধা কনানো হায়বা খঙহল্লগে।

( যন্ত্রনা পোজ )

আয়ন :— ( স্বর ফুইনা ) করিনো রাধা নংগী নখুংনা হেক শোকপদা ঐগী হকচাংসে হাংলবা মালংদা ্রাগী মফোলগুম কোইতাও তাওবগুম তৌরে। (অকিবগা লোয়নন1) হি করিনো ঐগী মীত্তা উরিবা ময়ামসে। আকাশ। পতাল। চীং তুরেল পাৎ সমুদ্র। মী লাই ভুৎ প্রেৎ লোয়না ইনাক্তা লারে। অমুক লোয়না চৎখ্রে ! করি মতৌনো ব্রহ্মামশামক রাধাগী দেহদা শান্নরে। কৃষ্ণগী ওয়দা রাধা রাধানা পুন্নমক লোয়না য়োংশিনখ্রে। অমুক লোইনা গুথোররুবা কৃষ্ণগী শ্রী অঙ্গদা অমুক তিনশিনখ্রে রাধাসে। অমুক উহনবিরে ইমিত্তা রাধা

কৃষ্ণ অনিগী যুগল মূর্ত্তি। (কিনা নিক্লা) ও! খঙলে পুন্নমক খঙজরে। হে রাধে। করিগীদমক্তা আয়নবু অহুন্না মীনহীবগে? আয়ন্না নফমদা করি পাপ লংজখিহুনা অহুন্না শুম্বৎপিবগে? পংলবা মপোক্তা পোকলুবনা লানথ্রে নফমদা হে রাধে। ঙাকপীহৈদ্রবা হরানসে ঙাকপীযুকো অপংবনি খনবিহুনা। খঙজরে হৌজিক নহাক কনানো হায়বা নঙদি জগৎ সংসারগী হৌরক ফমনি। হে জগৎ মাতা। তেলবা ননাই আয়না তাহবগী মপোক্তা পোক্লুবনা ঙাকপীফম থোক্তনা লানথ্রে ঙাকপীয়ুনে হে জননী।

রাধা :— হৌগৎলো। আয়ন। নঙগী নরাল নত্তে। নঙগী অকনবা তপতা পেন্‌হুনা মনাইগী মথাপোনবা শ্রীহরিনা নঙগী নিঙবা থুংহলগে খন্দুনা মতম খর ঐবু নঙগী য়ুমগী গৃহিনী ওইনা লৈকনবা থারকপনি। হৌজিক ঐনা নঙগী য়ুমদা লৈবগা মতম শুরে। যজ্ঞ তৌনি হায়হুনা প্রভাসতা শ্রীহরি লেংলক্লে। ঙসি নহাক্লা ঐবু বীদায় পীরো। নঙগী অয়াবা য়াওদনাদ ঐ চৎপা য়াদ্রে।

আয়ন :— (কিনা) হে রাধে। নঙনা নিঙলকপা খুদিংদা থিংবিগদবা জগত্তা কনা লৈদ্রগে? নহাক্ত শেয়দনা লেংবিগ্রান। নহাক্লা লেংবিগ্রবা মতুংদদি ঙাকপীনবা লৈত্রবা আয়নদি শোয়দনা যম রাজগী অকিবা ফংলবা দান্দ ফংলনি।

রাধা :— মতুগীদমক বারুরনু। রাধাগী থৌজাল ফংলবা আয়নবু যমরাজনা শোকপা ঙম্লরোই। রাধানা ঙসি ইখুংনক্লা চাক থোঙহুনা পীজরম্বা অসিনা পুন্সিসিমগী অরাম খৌরাংবা লৈতবা ওইরসনু হৌজিক নহাক গোবর্ধনদা চংলগা মতম খরদং লাই নিংহুনা লৈরুরো।

আয়ন :— রাধে। ঐনা হৌজিক গোর্বধন্দা চংলগা করি লাইবু নিংলূখিগদগে ? নঙনা শ্রীহরিগী নাক্তা লেঙবদা তুংইনজগে আয়নস্থ। নহাক্না খোজালবিহুনা পুশিনবিয়ু আয়নবুস্থ শ্রীচরন নাক্তা।

রাধা :— মতুগী মতম লাকখিনি আয়ন। হৌজিক্তি নহাক চংপা য়াখিরোই। ঐনা হায়বা ইন্দুনা মতম খর লাই নিংলুখো। হৌজিক প্রভাসতা শ্রীহরিনা ঐবু খৌরাংনা ঙাইরে। ঐ অমুক পনথবা য়াদ্রে।

আয়ন :— হে রাধে। নয়াথং ইন্না গোর্বধন্দা চংলগা লাই নিংজরুরগে। অতুবু অরোইবা ওইনা মসিমতং নিজহৌগে নখুয়াদগী (কপ্পা কপ্পা) আয়নগী অরোইবা মঙ্গম লাক্লবা দেহগা প্রানগা থাইনরমদাই মীংকুপ অতুদা। হন্না য়েংবদা ঐগীনি হায়বা কনা উরক্ত্রবা মতমদুদা পাপ চেল্লবা আয়নগী থব্রাই মঙা অসিনা জয় রাধে জয় কৃষ্ণ হায়না। এখুনা কৌতুনা লাক্লবা মতম অতুদদি পুশিনবিয়ুকো পাপ চেল্লবা আয়নবু রাধা কৃষ্ণ অনিগী শ্রীচরন নাক্তা মসিতনি নিজনিংবা ভোল্লবনা। লেংবিরো রাধে। পীজরে বিদায় লেংবিরো ......।

( ঙাইহাক যস্থ )

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

( মঙাশুবা মতাঙ )

মফম :— প্রভাস চৎপা লম্বী।

ফিভম :— ময়াম চৎপগী অমদি যনরী যননাওগী খোঞ্জেল তাই।

বৃন্দা :— ইতা। প্রভাস হায়রিবসে মফম অসিদগীদি বয়া য়াম্না রাৎলি য়োগদবা। মতম কুইনা চারক থক্লক্তবনা চোকথরবা ইতাগী দেহনি। তিংখং তুম্বৌ নুংগাই চেগাইনা থল্লবা লম্বীসিদা খোৎলবা নহাগী শ্রীচরন্না লেঙবসে য়েঙবা ঙমদ্রে ইতা। দোলাইদা তোংলগা লেঙনবা তৌসি রাধে।

রাধা :— করি বানো বৃন্দে। কৃষ্ণ দর্শন চৎপদা দোলাই তোংহনা চৎপা হৌনদে ইতা। অরাবা কয়া খাঙলগা ইবুংঙো মানা চানবিবনি। মুনি ঋষি কয়ানা বন্দা উইহ রাইহৈতনা চিঞ্জাক ওইরগা। চহি কয়া চাদ থত্তনা অরাবা কয়া খাঙলগা হরি মাগী দর্শনতবু থৌরাংনা ঙাইনবনি। অস্নুন্না অরাবা কয়াগী মতুংদা হরি মাগী দর্শনতবু ফংলবা অরাবদো কোক্লবনি ইতা। কৃষ্ণ মাগীদমক্তা লম্বীদা রাধাগী প্রানসে থাগে হায়রবসু থাগ্রসনু ঐ দোলাই তোংলরোই বৃন্দে। অদুবু ইতা ময়ান্না চানবিরবা রাধাগী অরাবা কোক্কদবা উপাই অমত্তংদি লৈজরি।

বৃন্দা :— করি উপাইনো রাধে। ননাই বৃন্দাদা তাকপীয়ু। করি তৌজৌ হায়বগে।

রাধা :— ( প্রেম তৌনা ) ইতা জগৎনা রারবা খুদোংথিরবা মতমদা অমৎতগী মশক ওইরবা কৃষ্ণনাম নত্তনা শোনবিনবা অতৈ

পাশ্বে লৈতেকো বৃন্দে। ঙসি প্রভাসতা লেংবিরিবা ব্রজবাসি পুন্নমক্কা রাধাগী অৱাবা কোকহুমবিগে খল্লবদি পুক্নিংদা ভক্তি-লৈন। শোনবিয়ু তত্তনা কৃষ্ণ নাম।
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে হরে রাম হরে রাম রাম হরে হরে ॥

( ভাইহাক যন্ত্রনা )

( যণবী যণনাও খোংবগী মখোল ভাই )

বৃন্দা :— ( লাওনা ) ময়াম পুন্নমক হৌজিক মমশিল্লক্লে। লম্বী মশক উশিল্লক্লে। ঐখোয় পুন্নমক পুনশিনগা লৈনবা তৌবিয়ু। ময়াম চাইথোকপিরনু শা-কৈনা থল্লবা মফমনি।

( শা-কৈ লমহুইনচিংবগী ভকিবা খোঙ্গেল ভাই )

লি: করিনো। তাইবঙ মীগী মনম ভাবদা শা কৈশিং অসে লোয়না চংশিনকমাল্লে। মফম খুদিংমক শোৎ প্রেককী মখোল শাক্লা ভাইগ্রে। ( য়াম্না কিনা ) য়েংউ ইতা। অনকপদা নাপলগা লোয়ননা কৈ নোংশানচি বা। শাশিংনা শউম চাওনা চাওনা ঙঙলিবসে। চেনথোকফনহু কদাইদনো। ঐখোয় পুন্নমক ঙসি মফমসিদা লোয়না প্রান থারো ভমঙমাম্নে ইতা।

রাধা :— ইতা। বৃন্দে। রাগনু হরিগী লিলা ভাক্তনি পুন্নমক হরি মাগী খুশিন্নি।

বৃন্দা :— (কপ্পা কপ্পা) হে ভগবন। হে দীনদয়াময়। নঙন হায়নবদাইনে তোন্নবশিংগী চংজফমনি হায়না। নঙগী দর্শনতবু ভাইজরিবা ব্রজবাসি ঐখোয় পুন্নমক ঙসি মফম অসিদা লোয়না প্রান থারো হায়ব্রা ?

( যণবী যণনাও খোংবগী মখোল ভাই )

হে কৃষ্ণ ইবুংঙো নঙনা লুনা চান্না থমজরম্বা যণবী যণনাওশিংসে তমথিরবা বনগী শা কৈশিংনা মচিঞ্জাক ওইহৌবা তারব্রা ? তাইবঙ মীরোল থোক্ত্রবা যণবী যণনাওশিং অসিনা ইবুংঙো নঙগী মাইগৈ য়েংনা হাম্বা হাম্বা ত্তুনা কৌজবা তাবিত্রিবোই হেগোপাল। শাংলবা লম্বেলসে চংলকপগী অৱাবা পুন্নমক ইবুংঙো নঙগী মাইথোঙ উজরগা কোক্লনি খনজরম্বা পুন্নমক অরেম্বা ওইবা তারমান্নে দয়াময়। ননাই বৃন্দাবৃদি শরাই মাংলবস্ত মাংজগ্রসন্ন। হে প্রভু। নঙগী মাংফদ্রবা থবাইগী নবস ওইজবা রাধা অহুগা নঙবু পোকপী ইমা যশোদা। নপাবুং নন্দরাজ শ্রীদাম সুদনাথ। চহি চাম্মা চুপ্পা কৃষ্ণ নঙগী কাইনা মৈচাক খাঙবদা শকফম ওদবী ইমা রাধা প্রভাস তীর্থ য়েৌরগা ইবুংঙো নঙগী ওইদা রাধা কৃষ্ণ অনিগী যগল মূর্ত্তি ওইবদা ফজবদো ননাই বৃন্দানা ইমিৎ পেন্না য়েংজগে খনজরুবা আশা কাইহনবিগন্ননে হে দ্বারকানাথ ··· হা ··· কৃষ্ণ। হা দয়াময় ···। ( ৱাম্বা )

রাধা :— ( তফিং তফিংনা ) ইত্তা। হে বৃন্দে। হি : করি মতৌনো কিমনথিবনা মখোয় পুন্নমক লোয়মা রাম্বরবা। কৃষ্ণ মাগী মরন ওইজবা ব্রজবাসিশিং অসে ঙন্না প্রান থাখিবা থোক্ল-বদি হরি মানা রাধাবু ৱারৌখিবা তারে। হৌজিক রাধা ইশাদগী মঙাল পুথোক্লগা অমম্বা কৈনবা বনগী শা-কৈ পুন্নমক লোয়না তানথোক্লগা ব্রজবাসিশিংগী অকিবা কোকহলগে। (পোজ, মঙাল থোকই ) তাবিয়ু ব্রজবাসি পুন্নমক অকিবা ৱাখল থাদোক্লনা লোয়না মীৎ পাংথোকপীরো। হৌজিক অমম্বা কৌবী লাইরেম্বী মাঙগ্রে। অমুক থিম্বা তৌদনা প্রভাস তম্না চৎনবা থৌরাং তৌবিরো।

( ভাইহাক যম্ভ )

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

(তরুকশুবা মতাঙ)

মফম :— প্রভাস কোন্নুংগী অরাং থংবা সন্থোঙ

ফিভম :— রাধা অমদি সখিশিংবু দ্বারিশিংনা চঙহন্দবা।

দ্বারী :— (লাওনা) ভাইখো। নখোয় কনাগে কোন্নুং মনুংদা চঙবা য়াখিরোই। নখোয়বু করি দেশকী নুপীশিংনো? অদুক য়াম্বা নখোয়দি মতম অমদা। কদায়দগী হেক্লুনা লাক্লিবা? অশেংবা পরিচয় পিরমদ্রবদি কোন্নুং মনুংদা চঙনা ওসিনী যজ্ঞ য়াওরুবা য়ারোই।

বৃন্দা :— দ্বারী। ঐখোয়গী পরিচয় খংলগা নখোয়গী করি ফোংজবা লৈরগে? ঐখোয় বৃন্দা দূতী। লাক্পানি। মনিনুং খঙলগা লমশাং লাকপগী য়ারবা ঐখোয়বু থুইনা পলহনবীরগু। খোঙ অসে থাদোকপীয় ঐখোয় চঙগে।

দ্বারী :— নখোয় কনানো থঙদনা ঐনা করম খাজিনগনি। হুরানবনা ফিজেৎ শেননা লাকপা ওইরম্বদি ...?

বৃন্দা :— (শাওনা) করি হায়? ঐখোয়বু? তাও দ্বারী। ঐখোয়দি নখোয়গী নিংথৌগুম হুরানবা মীশক নত্তে। হুরানবা নিংথৌগী মনাই নখোয়গুম্না সেরদনা হুরানমগনি

দ্বারী :— (শাওনা) করি হায়রবা? দ্বারকাগী মবুংগো শ্রীহরিবু হুরানবা হায়বা। অদুগা দ্বারী ঐখোয়বুসু হুরানবগী মনাই হুরানবা। অসুক নাপল চাওবা রাঙাং। নহাক নুপী নংলমদ্রবদি দ্বারী ঐগী ইতিক থঙগদবনি। রাহৈ অদু অমুক হন্না

নচিন্দা পনগনু । করিগুম্বা ঐগী ইবুংঙো শ্রীহরিনা তাপ্রবা নঙগী অফবা ওইরোই ।

বৃন্দা :— দ্বারী হুরানববু হুরানবা হায়বদা করিগী শাওফম লৈবগে ?

দ্বারী :— (শাওনা) হায় দুষ্টী । ঐগী শ্রীহরিনা হুরানবগী প্রমান মতিক চানা পীদুবদি নহাক ঙসি সেয়দনা রাজ দন্দি ফংবা তাই ।

বৃন্দা :— নহাক্তো বৃষনা হুরানবদো হায়বিগে তাদো । ব্রজদা লৈরিঙৈ ব্রজগী দুমথে ও খুদিংগী ননী হুরানবনি হায়না । অদুগুমৈ গোপীশিংনা স্নন তৌরিঙৈ গোপীশিংগী ফি হুবান্দুনা পুখিবনি মহাক্না, গোপীশিংগী থওয়াই হুবা মহাক্নি । জর সন্ধ নিংঙনা দ্বারকাদা চৎখিবগুম লৈবনি । অদুগুম্না হুরানবা মহাক্না প্রভাসতা যজ্ঞ তৌরি হায়বদা য়েংঙগে হায়কপনি । খেরেং থাদোকউ দ্বারীশা ? নখোয়গী নপুংঙো কৃষ্ণদো ঐখোয়না করি তৌনা পীবা । নমিৎ থিংনা য়েংজরো । মরান লৈরবা মহাক্না মথুং অনিদো প্রেমগী খোরিনা চেংনা পুন্নগা চিংহুনা পুর্গনি ঐখোয়গী লৈফম তান্না ।

দ্বারী :— (শাওনা) অশচ । কয়াদা চীনফেন ফগ্রবা দুষ্টীশিংনো । ইনাওশা ! দুষ্টীশিংসে মফম অসিদগী মশা শাগল লক্তুনা লাম্না চিংথোকাগ্র হৈ ।

বৃন্দা :— (শাওনা) হৈ পাপ্পী হিংচা হাইদুহশা । নখোয় নংগী নাপলনা থুগাম্মৎখিদুনা নমিৎ লেপনা তাংলগ্রা ? ব্রহ্মানচিবা লাইয়াম খিবিক ফাওবনা মাথী শ্রীচরনববু হক্তুনা ধ্যান তৌরিবা । শ্রীহরিমহাক্ত মাগী চরন শোক্না হায়জরিবা । অশাংবগী নৈরিক অমত্তং কাপথোরকপদা জগৎ তুম্না উৎ ওনগদবা অদুগুম মহাকপু নখোয়না য়েংগে থোরাংলিবা । নখায় পুন্নক মৈনুংদা চোংশিন্দুনা ওম্না উৎ ওনগ্রগে হায়ব্রা ?

রাধা : - ( ইতপ তপ্পা ) বৃন্দে। হৌনদে চাম্নবী। নঙ ঐনা মৈরি থোক্লা শাওরবদি দ্বারীশিং অসিদি থমবু থমখো। ত্রিভুবনসে মীৎকুপতা তুমগনি। অহুম তৌরবদি বৃন্দে। হরি মাগী যজ্ঞসে ঐখোয়না থুগায়বা তারনি। অর্শাওবদো নেমথবিখো ইতা কৃষ্ণ মহাক্লা করি তৌরকপা য়েংখিসি বৃন্দে। ( প্রেম তৌনা ) হে কৃষ্ণ। অসিরা নংবু জগৎনা ঙাংনবা চানবিহৈবনি। নঙং-লাংগী ব্রজদা রাথোক ওইহৌরবী। কলঙকীনি মীংথোল ফঙলবী রাধাবু কাওবিগ্রবোই। নোংমা নত্রগা নোংমা শোয়দনা লাইবক থিবী রাধাবু নিংশিংবিরকখিনি। খন্দুনা অস্লক কুইবা মতমসে ঙাইজরকপনি বানা। নঙগী মাইথোঙতবু উজনিংবনা ব্রজবৃন্দাবন থাদোক্রম মফম অসি য়ৌরক্লে। হে কৃষ্ণ নঙগী দ্বারীশিংগী মীচৈ খাউহুনা লৈবা ঙম্লক্তে। অহুইঙ নিভৃত নিকুঞ্জবন্দা রাধানা আশা চাওনা শেমজকুবা লৈগী শয্য অরেম্বা তারবদা নিংজরম্বা আশা পুন্নমক কায়রবী রাধানা ইবুংঙো নঙবু লৎনখিবগী লমনদো প্রভাসকী সনথোঙদা শিঙগে খনবিরম্বোই। হে শ্যাম নঙনা যোগী বেশ থোনবিরগা রাধা ঐগী ইকনন্দনী মান ভিক্ষ্যা নিথিবগী লমনদো শিংজগে হায়বগীদমক। কৃষ্ণ নঙবু নিংজ-বতনা ইশানা ইশাবু কাওথোকচরবী রাধানা ঙসি নঙগী প্রভাসকী সনথোঙদা উপায় লৈত্রবী ভিক্ষারী অমগুম লেপ্লরে। হাপ্লীররো প্রেমগী ভিক্ষা। হা কৃষ্ণ। হা দয়াময়। ( লৈমায়দা হাইথখি )

( বাঁশিগী খোঞ্জেল )

কৃষ্ণ : — হে রাধে হৌগৎলো কৃষ্ণ ঐ লাক্লে। কৃষ্ণগী থরাই ওইবী নঙগী নফমদা হুম্না হুম্না লানপ্লে ঙাকপিয়ু কৃষ্ণ ঐবু। শ্রীদামগী শাপ্না নঙ ঐ চহি চামা চুপ্পা কায়নরুরে। হৌজিক শাপতু লোয়রে। মরম অহুনা ঐনা নঙবু অমুক উজবা ফংবনি। ওই-

নচাওবী হে রাধে। প্রভাসকী সনখোঙদা ডাইহাক লংনগ্রমামে বারৌগনু। কৃষ্ণ ইশুংলাংগীদমক কনা লৈত্রবী অমগুম প্রভাসকী সনখোঙদা বানা খাঙলম্বা। পূর্নিমা থাজবন্ ডমজবী রাধাগী মাইখোঙ। ঙসিদি অমুবা কালিনা কুপ্লম্লবা হে রাধে। কৃষ্ণ ঐবু ঙাকপিয়ু। লানথ্রে নফমদা চরন শোক্লা হায়জরি।

রাধা :— ঙাকপীয়ু ইবুংঙো, রাধাগী ইখোঙ থাদোকপিযু। করিগী অদুন্না তৌবিবগে? শ্রীহরি নহাক্লা তোল্লবী রাধাগী ইখোঙ শোকপীবা ইবুংগো নঙগী গুন ময়েং তাবনি। নঙগী রমনী- শীংনা উথ্রবা ইবুংঙো নঙবু হংঙোইনা নিন্দা তৌখিনি। ঙসি রাধানা মফমসিদা লাকচরিবসে ইশাগী ওইজবা ফংগনি খন্দনা লাকপা নত্তেকো শ্যাম। রাধাগী ওইনজবা পুন্নমক থাদো- ক্লগা ইবুংগো নঙগী শ্রীচরন্দা তোল্লবী রাধাগী পঞ্চ প্রানসে কংলম্লগে লাকচবনিনে প্রাননাথ।

কৃষ্ণ :— করি রানো রাধে। কৃষ্ণগী থরাই ওইবী বাধা নহাক্লি। নঙনা কৃষ্ণ ঐগী হকচাং তংখাইনি। রাধা নঙ হিঙবনা কৃষ্ণ ঐসু হিঙবনি। কৃষ্ণ ঐগী থরাই ইজং পুন্নমক কৃষ্ণ ঐগী অতোপ্পা লন অমা লৈতেকো। কৃষ্ণ ঐবু বারৌগনু। লেংশিল্লসি সখিশিংগা লোয়ননা। প্রভাস তীর্থশিংসে দর্শন তৌরুরসি।

( ডাইহাক যম্লন )

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

( তরেৎশুবা মতাঙ )

মফম :— বৃষংগী যুম ( কোম্নুং )।

ফিভম : — কৃষ্ণগা রুক্মীনিগা ৱারী শান্নবা।

রুক্মিনি :— প্রভু। ননাইনুবীনা শ্রীচরন্দা করিগুম্না ৱাফম অমত্তং হঙ্গৎচগে। চরন্না কৃপা তৌবিয়ু।

কৃষ্ণ :— করি ৱানো রুক্মিনি? নপুক্লিংগী ৱাদো থুপ্লন্নু হেক্তা হায়য়ু কদৌবগে?

রুক্মিনি :— তৌই অমা নত্তে প্রভু। হায়নৈ মীপুম খুদিংনা ব্রজদা রাধা কৌবী গোপ নুপী অমা লৈ হায়না। মাগুন্না ফজবা ত্রিভুবনসিদা লৈত্তে ঙাংনৈ। অদুগুম্বা নুপী অদুগী মফমদা অমাঙ অতোং য়েংদনা কৃষ্ণ নশামকত্তু য়োনথোকখি হাইজ্রে। নোংমা নহাক্না মাগী মফমদা খজিক লাল্লুবদগী ওইনখিবা রাধাদো মহাক্কী অশাওবা কোক্নবা কৃষ্ণ নঙনা রাধাগী চান শোক্না হায়জখি। গতি লৈত্রদ্রুনা মগৈদা যোগীগী বেশ থোম্লগা 'মান-ভিক্ষ্যা' নিরবা মতম অদুদা মহাক্কী অশাঙনা ফখিবা অদুগুম্বী রাধা কৌবী মহাক্তা উজনিংই রুক্মিনিনা। ফজবদা মপা লৈত্রবী রাধাদো কৃষ্ণ নঙগা উন্নবগীদমক সখিশিংগা প্রভাসতা লাক্লে হায়বা তাজ্জরে। রাধাগী পুক্লিং খঙবা হে কৃষ্ণ নঙগী রমনী রাধাবু উহনবিদুনা রুক্মিনিগী নিংবশে থুংহনবিয়ু ইবুংঙো।

কৃষ্ণ :— ( মোমোন তৌনা ) রুক্মিনি। অচুম্বনি নঙনা হায়রিবদো জগৎকী লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক মাগী চরন্দগী পোকপা ঙাক্তনি। ফজবশিংগী তুংনফমনি। মহাক্কী অশেঙবা মশক্তি নঙনা য়েংবা ফঙলোই। য়েঙবসু ঙম্লোই। নহাক্না হায়রিবা অসিগুন্না হায়রিবনি সত্যভমানসু রাধাগী মশক য়েঙ্গে হায়না অদুবু রাধাগী অশেঙবা মশক্তি নখোয়না উবা ঙম্লোই।

রুক্মিনি :— কৃষ্ণ নঙনা উহনগে নিংবিরবা করিগী উবা ঙনদনি রাধাগী মশক। ফজরে খঙনা হেন্না মগুন বাংনবা প্রভুনা পংথা থাগৎপনি। মপুং ওইনা উহনবিদ্রবসু মচেং ওইনা উজগে খৌজানবিয়ু ইবুংঙো।

কৃষ্ণ :— ফরে রুক্মিনি। অদু ওইরবদি প্রভাসকী খোংবান্দা হয়েং নুমিদাং রাধা লাক্কবা শিনগ্রগে। নখোয়সু প্রভাসকী খোংবান্দ রাধাগী মশক য়েংনবা থৌরাং তৌজরো।

( ঙাইহাক যন্ত্র )

# রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ

( নিপালগুবা মতাঙ )

বৃন্দা :— ইতা হে রাধে। ঐখোয়না হন্দক প্রভাসতা লাকপসিদি কৃষ্ণগী রমনী সত্যভমা রুক্মিনি অনিগী মাঙদা মাইথিয়ু তমথ্রমান্নে।

রাধা :— করিনো বৃন্দা নহাক্না হায়রিবত্রুবো ? রাধানা মখোয়গী মফমদা করম্না মাইথিগদৌরিবনো ?

বৃন্দা :— নহাক খঙলবা নত্রা ইতা ? ঙসি অহিং প্রভাসকী খোঙবান্দা রুকমিনি সত্যভামা অনিনা মবুংঙো কৃষ্ণগা লোয়ননা ইতা নঙগী নশক য়েঙগদবগী ঙাইরমগনি। সত্যভমা রুকমিনি ফজবদা মমিং লৈরবী নিংথৌ মচা নুপী ওাক্তনি। অদুগা ইতা। নঙদি চহি চমা চুপ্পা চারক থক্রক্তবনা য়াংগংলবী, কুচু থোক্ত্রবী, অকে অমোগী রাখল পুন্নমক থাদোক্লবীনি। হৌজিক ইতা নঙগী দেহদা ফজবা পুন্নমক লোয়না মাঙখ্রে। করম্না মখোয়গী মমাঙদা নশক উৎলুগদগে ইতা। কৃষ্ণগী সত্যভমা রুকমিনি অনিনা লৈজবা পুন্নমক শেং চাহ্নুনা লাক্কনি। অকে অমোগী রাখল থাদোক্লবী, শম ফাওবা নিংথিনা হাত্তুবী ইতা নঙনা মখোয়গী মাঙদা করম্না নশক উৎলুগদগে ?

রাধা :— ( মোমোন নোক্লগা ) বৃন্দে। ঙসিদি রাধা ঐগী অথুপ্পা বা খরা ইতা নঙগী নফমদা লিগে তাওকো। সংসার শেম্নকপা মতমদা পুমম মম্না লৈরম্মী। পুন ব্রহ্মা ওইবা কৃষ্ণসে মওং লৈরমদবনি। ঐগী ইতেংনা মাগী মওং ওইরকখিবনি। মথংদা

মাগী ওইথংবা হকচাংদগী ঐবু নৌনা শেমলকখি। নৈরিবা প্রকৃতি ঐগী অংশনি। অংশতুগী অংশনা মতুগীসু অংশনা পুম্নমকসে লোয়না পোকপনি। লক্ষ্মী, সরসবতী অনিমক ঐগী অংশদগী পোকপনী। মতুগী অংশতুদগিনা রুকমিনি সত্যভমা পোকপনি। মখোয়না ফজবীনি নাপল তৌহুনা ঐবু য়েংগে থল্লিবদো অরেম্বা ওইগনি ইতা। মখোয়না ঐবু উবা ফংলোয় ঐগী অশেঙবা শক্তম মখোয়না খঙবা খক ঙম্মোই। অতুগা ইতা। রাধা ঐদ সংসারসে থাদোক্লগা ঙসিদগী গোলোক ধামদা চৎগ্রগনি। গোলোক হাঙতুনা লৈরকপা মতম কুইরে বৃন্দে। ঐনা চৎলবা মতুংদা ব্রজবাসি পুম্নমকসু গোলোক ধামদা চৎলনি। রাফমসে ইতা হৌজিক কনাগী মফমদা ফোংদোকখিনু শোয়ররোই ঙসি অহিং প্রভাসকী খোংবান্দ চৎপা অসিনা 'রাধাগী অরোইবা খোঙচৎ ওইরনি ইতা'। ( বাঁশি খোঙ্গেল ) বৃন্দে। প্রভাস খোংবান্দা শ্রীহরিনা ঐবু ঙাইহুনা লৈরে। লেংলসি ইতা। ( যন্ত্র ) ... ... ... ... ... ...

রুকমিনি ঃ— ইস ঃ কদোমদগী মণ্ডালনো মীৎ পাংবা ঙমদবমখৈ ঙাল্লবা। মণ্ডাল অসিনা ঐগী ইবুংঙো কৃষ্ণবু পুময়োম য়োমশিনখ্রে।

রাধা ঃ— ( খোঙ্গেল ওইনা ) হে কৃষ্ণ। তোলবী রাধানা শ্রীচরন্দা ভক্তি কচ্চরি। গোলোক কৃপা তৌবিবু। চংচগ্নে ঙসি গোলোক ধামদা। সংসারদা লৈতুনা নঙ ঐ লিলা কয়া শান্নরম্বা অরোইবা ওইরে ঙসিনা রাধাগী থরাই হে কৃষ্ণ। লেংবিরক্লো শ্রীহরি রাধাগী নাক্তা ... ... ... ... ... ।

রুকমিনি :— ( ঙক্লা ) ইস ঃ কদোমদগীনো লৈ ময়াম চাইথরক্লিবা অসিবো। এ সোমদা চংলক্লিবা মুপী ময়াম অসিদা রাধা

শোয়দনা য়াওরম্বা তারে। পূন্নমকসিদি লোয়না ফঙ্গে রাধাদি করম্বা ওইরিগবা ? তাকপিম্মু প্রভু। লৈরিবা মুপীশিং অসিগী মঙুংদা করম্বনা রাধানো ?

কৃষ্ণ :- ( পুক্নিং নুংশিনা ) রুকমিনি। রাধাবূ উহৌদ্রবরা ? মসিদা লৈরিবশিং অসিদি রাধা য়াওদে। মাগী মনাই ভাক্তনি। হৌজিক্তা কৃষ্ণ ঐগী ইখোঙ শোক্না খুরুম্মগা সতী ওইবী

বৃন্দ

মহাক্তো সংসার থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মঙালগী মশক ওইনা।

রুকমিনি :— অরংবা নোংথাং কুপপগুম ইবুংঙো নঙগী হকচাংদা ইরং লংনা থানখিবা অমা উজহৌই ননাইস্নু।

রা

কৃষ্ণ :— ( পুক্নিং নুংশিনা ) মত্থনি রুকমিনি। নিংথিরবী রাধাগী শক্তম। ঐনা হায়খিবত্থনি রাধাগী মশক উবা ফংলোয় হায়না

বৃং

কৃষ্ণ ইশুংলাংগী অরাবতা শরুক ওইগ্রবী হে প্রান প্রিয়ে। কৃষ্ণ ঐবু রারৌগন্নুকো। নঙগী প্রেমগী মথা পোনবা কৃষ্ণ ঐনি। নঙগী প্রেমগী লমনদি কৃষ্ণ ঐনা মপোক খুদিংদা কাওবা লৈতনা শিংলগেকো হে প্রান প্রিয়ে।

( যন্ত্র )



লোয়রবা

